৯ শুলা লাইব্রিক — মৈতৈলোন্দা

# হূরান-চীন্থি ঙাকপা মীওই শিংগী খণ্ডবদা কান্নবা

( লৈবাক শান্তি থন্নবা অমসুং পোলিসপু
পামহন্নব নিয়ম কয়া নৈনরবা )

অইবা —
শ্রীডাক্তর এম, কীর্ত্তি সিংহ
এমঃ এ., এলঃ এলঃ বিঃ,
পিএচ ডিঃ, পোষ্ট
ডাক্টরেল রিসাচ ফেলো,
রাঞ্চি বিশ্ববিদ্যালয়

ফোংদোকপা —
শাপম তোম্বোক সিংহ
বাসখো', ইম্ফাল, ( মণিপুর )
১৯৮২

মমল লুপা-৯.০০

## অহানবা শরুক

(ক) হুয়ানচীন্থি তৌবা অমসুং অহিংসা

উপনিষদকি পাউখুম— (১)

হুয়ানচীন্থি অমসুং সমাজগী ফত্তবা অসি মমাংঙৈগী ভারতা করম্মা থোকহনখিবগে হায়বসিগী মরমদা উপনিষদকি শ্লোক অমা লৈ। মমাংঙৈদা ভারতকি মফম অয়াম্বদা মনীংতম্বা নিংথৌপানবা লৈবাক কয়া লিংখৎখি। মখোইস্থু অফবা শাসন ফৌনবগী খুদম ওইরি। নিংথৌ আশ্বপতিনা মাগী লৈবাক ঙাকপদা অসুম্না হায়খিঃ—

"ঐগী লমদা হুয়ানবা লৈতে, (মরমদি) অরিকপসু লৈতে। য়ু লৈতে মৈগী লাই খুরমদবা অমসুং মহৈ হৈতবা মীসু লৈতে। অসিগুম্বা ঐগী লমদা libertine (হুপীদা ওক্কবা মী) লৈতে, করম্না মচৎ চুমদবা নুপী ফংগদৌরিবনো!"

অরিকপা লৈতবনা আশ্বপতিগী লৈবাক্তা হুয়ানবা লৈতে। লম্থুম হাংৎসি সমাজগী পোৎথোকনি অমসুং পুম্নমক্তা শীজিন্নবা ফংহনগনি। অরিকপনা পৈশা খোমজিনলি অমসুং হুয়ানহন্নীংবা পোকহনকে। সমাজদা অহেনবা লম্থুম পৈশিনবা থিংলবদি হুয়ানবগী জাৎ লাক্লোই।

"সমাজগী অচুম অরানগী মরম অমথকসু উপনিষদতা শিরি। মুনী-শ্রীং অধ্যাত্মিক ওইরবসু থবক্তা উৎকদবা পাউত্নাক কয়া পীখি অসুম্না "করিগুম্বদসু কনামতগী মরাল মথুম কল্লকউগনু।"

হায়নগী হিন্দুগী কীঙম রাম রাজ্য নত্রগা খৃষ্টিয়ানগী মালেমদা স্বর্গগী লাই লৈবাক হায়বতু মওইবগী থম্মোই হোংহুনা হুয়ানচীন্থি লৈতবা সমাজ অমা শেম্বা অমসুং সমাজদা অচুম্বা পুরক্লবনি। সমাজদা হুয়ানচীন্থি লৈতনবা হুয়ানবা অমসুং ফত্তবা ঙৌরিবা মীশিংদা ঐখোয়গী মিৎয়েং অমা হোংদোকপনি। মথংদা হৌজিক্কি সমাজগী, অর্থনৈতিক্কি অমসুং রাজনীতিগী মশক অসি হোংদোকপনি। পুমহোংবা হোংবদা মতম চংই। থুনা মতম হোংদোকপা য়াবদি মখোইদা ঐঙোয়গী মীৎয়েং হোংবনি। হুয়ানচীন্থি মাংহম্নবা Moses, Manu, অমসুং মোগল নিংথৌবেনশিংনা নত্রগা Col Sleeman না চংখিবন্থু থাদোক্লগা মুনী ঋষিশিংনা তম্বীরমন্থ ইনগনি;

হৌজিক অনৌবা ফিভমগা চান্নবা যাবমখি শেমদোকনি।

সর্বদয় সংস্থানশিংনা বিনোবা ভাবে অমসুং জয়প্রকাশ নারায়েনখোইনা অহিংসানা কবম তৌনা লৈবাক অসি ইংনা থমগদগে হায়বহুদা কন্না চৎথরি। মধ্যপ্রদেশতা লায়বা য়ারমদবা চম্বল ভেলি ডাকুশিংনা কবয়া তোক্লগা অহিংসা চংখিবগে হায়নদ লৈনগদবা হীবম ওইনা ভক্লা লৈরি।

বৌদ্ধ ধর্ম্মদা নুংশিবগী অাইন ( )

মুনিঋষিশিংনা জগত্তা লাওইবসি নুংশিবগী অাইন তম্বিখা, মীওইবব্ ডাকপিনবা অমসুং গুল্লা ভিংমিন্নবদা অকোয়ব সভ্যতা অমসুং অধ্যাত্মিকগী থাক হেনগৎনবন্নি। নুংশিবনা লাংওন তৌবব বুদ্ধনা অহিংসা অমসুং মীবু তুক্কদনবা তম্বীখি। তুক্কচবা অমসুং লমন শম্বনা ফত্তবা জয তৌরোই হায়না মানা তম্বীগি। তমলীবা অমসু তুক্কচবসি নুংশিবা অমসু থৌজান্না জয তৌই। মানা মরীক চয়া ...নি। "মানা ঐবু ...., চৈথেং অমসু নমথংথে মশাদা অ...শ্বা পাপ লৌবা মীয়না যেক্লবী পোক্ক-কপসু কৈদৌন্নুনা ন...থবা ভ...ই।"

নুংশিবগী অাইন অসি ...দা ফংব্রা? হৈজিনবী সমজনা মাগী মতম্বী অসি ইন্নবা হেৎনদ্রা? ফত্তবা মী অমসুং মরাল লৈবহুদা ভাক-পানবা হেৎনদ্রবরা?

ভবানলম্বা অহিংমাগী লাইনী লৌখিবা অচকপা মতৌনা বুদ্ধনা ধর্ম্মদা নুংশিবা অসি ইংনা ত...দগী শুননি। লোম্বা নাইদনা পুনশিনবা অমসু জীব পুম্বা য়ানবা ইথৈংস অাইনশিংগী আইননি। কনাগুমবা অমনা মরূপ মপাংশিংগী মরক্তা থৃ্াইদগী হন্থনা নীতিনা অচাউরুম কাদনা অমসুং থৃ্াইগী ওংনা থম্বনা অশেংবনি। নীতিশাস্ত্র অমসু অচুমবগী মুম্বমদি নুংশিনবান। মী ফত্তবা অমসুং মরায়বক লৌবা নক্রগা নীতিদা হন্থবা মীদা করি উংকদগে হায়বদা ঐখোয়গী মুনি ঋষিশিংনা চংলকপা অসি ময়েক শেংলে। ফত্রবা অঙ্গুলীমালনা বুদ্ধদা অরান খুভম যংনবা চংজখিবগুম্না অম্রাপলি কৌবা ফজরগ অমসুং মমিং চৎলবা

ৱেশ্যানা বুদ্ধদা চংজখি। নিংথৌশিং, নিংথৌমচা অমসুং ঈনাক কৈরাক খুনবা মীদা উৎপগুম বুদ্ধনা মঙোন্দস্থ উৎখি। অম্রপালিগী মবুমদা চাক চাবা চংকে হায়না য়াখিবস্থ বুদ্ধনা তোক্তবগীদমক লিচছবী শাগেগী নিংথৌমচা খরনা পেন্দবা পোকখি। হায়খিবদা হোঙখিবা বুদ্ধনি।

হিন্দুগী পোলিস ওর্গনাইজেসন স্মৃতিশিংনা লৈবাক ঙাকপা মীনা হুরানগবা ফাবা ঙমদ্রপা লম্তম হঙ্গিনবিবা অমসুং লৈবাক ঙাকপা মীদা য়াকৎস্ত্রবস্থ মরাল খরদি খণ্ডম থোকপা মখো তৌনবা মীওইগী সংস্থান শেম্বসি কংলমগনি। Apastambha গী text অমনা লৈবাক ঙাকপহুনা জাত অহুমদগী অচুম্বা মীওই খনলগা লৈকাই অমসুং সহরগী মীওই ঙাকপী শেনবিনবা শিন্নবা য়াউই। হুরানবদগী সহরগী ঙাকপীবা চংই। মসুং অমসুং মপানগী ঙাকথোকনবা অর্থশাস্ত্রনা। খুনগী কাংলুপতা লানবন শেমগৎপা অমসুং লৈবাক অহু চংলকপা বিংনব। লৈবাক অমগী লান শেম্বা পামই লৈবাকমসুং অদুদা লাংথম্বা, তেনহৈবা, শাতনবা, চন্দাল অমসুং অঙাওবা জাতশিংনা ঙাকপা অসিনে। কমিসনর অমনা মাগী থোঙলোয় গোপাস্থানিকশিং লোংনহুনা মপানগী হুরানবা থিংবা, সহরগী ওফসারনা খাজিনবা সহর মনুংদা হুরানবা ফাবসিনি। It refers to various official who are to investigate and be responsible for thefts in the villages, on pasture; and on the roads, মখোইশিং অহু গ্রামস্বামী, বিভীতা অধ্যক্ষ অমসুং বোরারাজ্জুকা কৌই। অফিসারশিং অসি হাপত্রবদি খুনগী মীগী দাম পুবা তাবনি। বৃহস্পতিগী text না খুনগী মীওই নত্রগা কাংলুপশিংগী য়ানবস্থ চংপা অমসু' হুরানবা ঙাকপগী রা তাকই। শ্লোক অসিনস্থ অঙাওবা শাঙাদগী নত্রগা হুরানবগী ঙাকথোক্নবা রা পনলি। শা ঙাদগী ঙাক্নবা অশিংবা খুংলাই পায়বা মী অমা থাগদবানি হায়।

মন্থুদস্থ খুনগী মকোক অমসু' খুন ঙাক্নবা মী পনলি। যাজ্ঞবল্কনা হুরানবা অমসুং চিংনবা কয়া গ্রহটকনা ফাবগী রা পনখি। মিতক্ষরনা গ্রহকসবু 'রাজ পুরুষ, স্থনা পাল কৌই। অর্থশাস্ত্রদা হুরানবা কাত্রবদি রাহনলিবা খরা কনবিনবা য়াউরি। হুরানবা ফাবা, অমসুং মরী লৈনবদা

staff of official কয়া চঙই। অর্থশাস্ত্রদা গুপ্তচর থম্বা পনলি। Kautaka Sadhana গী শরুক অসি CRPC Security Section, গা মান্নৈ। Procedure দি মান্নদে। অর্থনিতি আধ্যায় ৭ বুক ৪ দা থুনা শিবগী মরম খিবা অমসুং খিনবা মরম hint পীবহ য়াম্না খিনিঙাই ওই।

## হুরান চীঙ্গী তৌবা অমসুং অহিংসা

খৃষ্টিয়ানগী পাওথুম (৩)

"He that is without Sin Among you—" (নখোইগী মরক্তা পাপ চেন্দবা মহাক অদু)

যীশু খৃষ্টনা খুংশিবা অমসুং ঙাকপীবগী আইন অহু শন্দোকখি অমসুং থবক্তা ওন্থোকখি। মাগী তেললবা চহি অহুমগী মিনিষ্ট্রিদদনি। মতম অমদা মহাক্না জেরুসালেমগী কায়শঙদা কৈরী তৈদা যিত্ত কাঙবগী মেম্বর, পুজা লাংজাদা থাজবা, বিত্তগী চৎনলোন ঙাকপা Scribe (অইবা মী) খর মঙোন্দা লাকখি। ওক্তবা লমচৎ চৎপী নুপী অমদা মখোইনা মুঙবা থাহ্না দাণ্ড পীবা পামই। মসিগী মথক্তা মখোইনা যীশুবু non-conformist (চৎনবা আইনগা য়ানদবা) অমনি হায়বা নাতৈ পীহনা লাও থকপা পামই। অহুনা মখোইনা নুপী অহু মেসেই লো (মোসাক আইন) মতুংইন্না দণ্ড পীগত্রা হংলম্মী। যীশুনা থৌন ফনা অমসুং শান্তীনা হায়খি।

"নখোইগী মরক্তগী পাপ য়াওদবা মহাক অহুনা মতোন্দা ইহান হান্না মুঙনা থাউ।" মখোয়গী মরক্তা পাপ য়াওদবা কনানু লৈতে। আত্মা মসুংগী conscience (অচুম অয়ানগী জ্ঞান) না মখোয়বু য়ারকখ্রে। নুপী অহু শুরিস্থ তৌদনা থাদোকখ্রে। যীশুনা মাবু চৎখিনবা অমসুং মতুং মনাও পাপ তৌদনবা হায়খ্রে। ঈশ্বরগী অচুম্বা মীওইশিংগী লমচৎ অসিনি। মরাল লৈবা মীদা মতিকচানা দণ্ড পীবগী মহুত্ত মথরায়গী অচুম অয়ান মথন্তা খঙহনবনি। সভ্যতা হায়বসি মী মশেম খঙনবা মুংশিনবা, হিংসা তৌদবা, সমাজ, কাঙলুপ অমসুং জাতি অহু মুংশিনবদা মীওইবনা চংশিনমিন্নবনি হায়না খঙবদা পংরা য়ারোই। য়াহে অমরোমদা পুক্নিংগী থৌদোক্তা য়ায়িবমখৈ তমথীংগী মওং লৌথোকেপহু বলচরনি।

ওক্কবী মুপী অহুদা মরাল পীরিবা Scribe (অইবা মী) শিংবা নত্রগা Pharisee শিংনা হুওনা থাবনা মাগী থম্মোয় হোংহনবা ওমলোই। মুংশিবা মীংয়েংনা যীশুনা অওকপা পুরকখি।

মরান লৈবা অমসুং ফত্তবা মীওইদা হৌজিকী সমাজনা তমথীবা থবকপীবা পামই। আইনগী য়েংলবদি অহুম্বা অহু মীগী মীখায় নায়বা নত্রগা মমিৎ তাংবা নত্রবস্থ থম্মোই কনবা ওই Shylock না Pound of Flesh (শাহুম পাউণ্ড) তানবগী অধিকার লৈ। মোসকী আইন অহু চপচানা হৌজিকি সমাজনা ইনবা তারে সমাজনুনা হেন্না চঞউথংলবদি Lady Portia না The Merchant of Venice তা ওাকপীবগী মরমদা হায়বদু নীংশংবা চুমই।

হৌজিক মতমদা অহিংসা চংপা অমসুং অচুম্বদা ওাকপীবনা মথৌ শংবা ওমলীবরা? য়াই হায়বসি মহাত্মা গান্ধী, বিনোবাজীনা উৎলি। বিনোবানা চম্বল ভেলীগী ডাকুশিংবু সরকারদা চংজহনখি। গোয়ালিয়রগী মহারাজ মাধবরাউ সিন্ধিয়ানা খৃঃ ১৯২০ চুরাইদা মাগী লৈবাক্তা ডাকুশিং অমসুং হুরানবদা অহিংসা তম্মীখি। গুজরাটতা রবী শঙ্কর মহারাজনা মায় পাক্লা হুরাচিংশিংদা অহিংসা তম্মীখি।

## (খ) মরাল লৈবমীশিং ফাবদা হোংদোকফম থোকপা

মরাল লৈবা মশীং হেনগৎলকপা অমসুং মীহাৎপা অসি অমসুং হেনগৎলকলি। পুন্সিসি হিংবগী কান্নদ্রে। অর্থ লৈদ্রে। পোলিস শক্তি মপুংফানা শিথরে। লৈবগী কান্নদ্রে। ঈথক অসি হেনমনখিহনা সমাজ অসি মরু ফুকখিগদৌরে। সংবীধানদা পুন্সি অমসুং নীংতম্বা পীরিবহু কদায় চংখ্রে।

Crime (মরাল লৈবা) হৌজিকী (million dollar পৈশা পায়বা) ইন্দস্ট্রি ওইরক্লে। কাবা ওমদনা মতমগী য়াওন্দ

পুন্নথিবদে মরালগী য়াম্না হেনগৎলক্লবনি। দগি পীদবসিস্ব য়াম্না মাঙ্ক তাক্লবগী মশকনি। থিজিনবগী মওংদা অকবা খুংলায় থোক্লকপা অমস্বুং নিয়ম লৈরকপগী মরাল লৈবা মী ফাদনা মাঙশিংসে ওইথোক্কে।

অনৌবা থিংবগী খুৎলাইদা বিজ্ঞানগী লেবোরেতোরি কয়া লাকলে। ঐখোয়গী লমদদি য়াম্না তোইনা শীজিন্নদে। কলিকতা অমস্বুং বোম্বেনচিংবা মফম নত্তনা স্তেতগী কোম্বুং অয়াম্বদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওং শিজিন্নদে। মসিদি ডিস্ট্রিক্ট হেড কার্তুব শিংদস্ব ফংহনফম থোকই।

পোলিস ওফিসারশিংনা মরাল লৈবা মী ফাবদা বিজ্ঞানগী মতেং লৌগদবনি। পুক্রিং হোঙদোকফম থোকই। রাজনীতিগী মরক থৎপনা মরাল লৈবসি ফাবদা অপনবা পী হায়বা খ্বাই পুন্না খঙনরে। পোলিতগী ফংবা পাউদা মরাল লৈবা মীওই খরদি রাজনীতিগী মীওই খরনা চানবিবা উৎলি। মীখলগী মতংদা মখোইদগী মতেং য়াম্না নেতাশিংনা ফংই। মখোই ফারুবদা পোলিসনা কি। নেতাশিংদা পোলিসশিংবু মফম অমদা হোঙদোকপা অমস্বুং দগি মখন অমা পীংকনি খনলি।

## কোক্লবা পান্বে

নেতাশিংনা পোলিস শক্তি অসি মখোইগী য়েক্লবশিংদা লমন খুন্নবদা শীজিন্ন। মরান লৈতবা মীনা অরাবা তাবা হেনগৎলকলি। মমাংঙৈগী মতমদা রাজনীতিগী প্রাভার ইনলক্লবস্ব অকিবা ফংবসি হৌজিক্লা হেনলকলে।

ফিবম অসি কয়া পোলিসনা থিজনবগী সরুক অসি থাইদোকুন High court নত্রগা Supreme court কি যদজ অমগী মখাদা থম্ব ন। রাজনিতিগী ইথিন চংনবা Auditor নত্রগা controller general of India নত্রগা Election গী থাক্তা থমগনি ক্রানসভা ফংবগুম থীজিনবগী মওং অসি Procurator general

মখাদা থমহনা মরাল থীজিনবগী থমই । মকনা থীজনবদা নত্তনা খোঙ য়াঙহনবা হেনগি ।

ফ্রাংকি আইন মতুংইন্না চার্জসীত শেমলবা মতুংদা পোৎলুম অহ মরাল লৈবদা তাররকই । মানা লাম্দে হায়বা প্রমান তৌগনি । মীচং মীথায় নাইদবগী নিয়ম অসি ভারতত্তু পুশন্দুনা চাংয়েং তৌগনি । ঐখোইগীদা চৎনবদি Frosecution (আইনগী) চমরবা পোৎলুম পায়রনা মরাল লৈবদু থাদোকপা মতম হেনগ্রে । কেশ ১০০ দা ৯০ সুম্না মাঙই ।

মতম, পাঙ্গল অমসুং পৈশা য়াম্না মাঙহনবতু মুম্না খঙহনগনি ।

চীংনবগী কান্নবা—চীংনবগী কান্নবা কৌবা নিয়ম মুথৎখিবদগী মরাল লৈবতু থাদোকপগী মওং হোংলকলে । মরালগী খোঙচৎ হেনগৎপতু থিংবা য়াগনি ।

চপচানা মরাল লৈবা মীতু দণ্ডি ফংদনা চৎখিবা য়াউরোই ঐখোংগী আইননা কনাশনবা পীরিবসি মরাল লৈবা মীতুগী মশা ঙাকচবনি । ঐখোইনা খনলি—মরাল লৈবা ১০০ দা মসুংদা লোইনবক দণ্ডি ফংদনা নাম্থোকখিগনি তৌইগুমসুং মরাল লৈতবা মী অমদি দণ্ডি পীকম থোকে । মরাল লৈরিবা মীংগী অক্ষবা অধিকার অমসুং খুদোং চাবতু ঐখোইনা কাউরোই, তৌইগুমসু মরাল অহুদা অরাবা ফংগ্রিবদু ঐখোইনা খওইদে । শাগে অমগী চরা তাঙ্গরিবা মীতু হাংপা অহু নত্রগা খবক ঙমহন্দবদা ইমুং অহু মুৎহনলি । কনানসু মতেং পাংদে । অচৌবা মরাল অমদা অরাবা নংঞ্জবতু মতেং পীনবা ঐখোইগী আইননা করিসু তৌদে । মকবনা লেপ্পা মতুংইন্না কাইন তৌবদগী পৈশা খরা হৃজিনলি । রেলগাড়ি নত্রগা প্লেনদা শিবগীদি পৈশা মতেং চাওনা পী । তমথিরবা মরাল তৌবদগী অরাবা তাবদা কল্লিগী পৈশা পায়ত্রিবরো ?

আইন ঙাকপা সরকারগী থৌনি। অমসুং পুন্সিবা তেন্থবা ময়ালগী মাল্লোকা insurance (পৈশা পীব) পীগনি।

পোলিস ফোর্শ মতিক চাদবসি অশোযবা অমনি। ভারতকি সহর অচৌবশিংদা মী ৮০০ দা পোলিস মেন অমা লৈ। ইংলণ্ড অমসুং আমেরিকাদদি মী ৫০০ দা পোলিস মেন অমতমক লৈ। খুঙ্গংদা চাং অ'স তাথে। মী ৭৫,০০ লৈবা খুঙ্গং ১০০ দা কোন্নবা স্কাব মাইল ২০০ দা পোলিস ষ্টেসন অমা লৈ। খুঙ্গংগী লমদা পোলিস চৎপা রাংলি অমসু মতেং চপঙানা পীদবনা খুঙ্গংদা ফুনবা অমসুং হাৎনবা তৌই।

পাব্রবা মথৌ অসি ফজনা তৌনবা পুলিসমেনশিংদা মতেং পীগনি। মথৌ অসি যামখ্ৎলক্লি। Supreme Court কি Judge অমদা চমন্নবা পী। ববক্তুদগী হেনবষ্ট পোলিসমেননা বিচ ব তৌরে। পোলিস ফোর্শকি ত্রেনিং হেনগৎহনগান। মতিক চাবা পোলিস শেমগ্রিঙৈদা মীওহ অহু কুপনা যেংগদবনি।

## অনীশুবা শরুক

### পোলিস হায়বগী ভাব

আইন ঙাকপা, মক ওইনা সহর-মচ অমসুং অচৌবশিং Metropolis (সহর অচৌবা) চাং নাইনা থম্বা, মী পুন্নমক্না ফজনা ঙাকপা শাগে নাতৈগুন্না মখোইগী মচৎ অহু চপচানা ঙাকপদা, য়ুমলোন্নবা ফবদা, লমচৎ অফবদা থবক নোম্বা অমসুং লৈকম অপুন্বদা অকায়বা তৌদবদ চলাইরিবা মমুংগী থবক অমনি।

মেত্রোপোলিসকি পোলিস হায়বসি খঙবদা মুংঙাইবা ছিন্নমনি। অচৌবা সহরদা লৈবগীদি মখোইগী থবক্কা সরক্ক মুঙমা থাবা, বৈ থানবা, "ঙাওবা থিংবা, মীশিং পীবা, য়ুমশিং শাবকী মঙ,

মৈ মুথৎনবা মওং, গাড়ী চাং নাইনা চৎহনবা (শনগাড়ী অমসুং ইঞ্জিন্না খৌথিবশিং) অমসুং লৈরিব মীশিং অহুন মুভাংগদবা অমসুং খুদোং চাগদবা পুম্বা য়াওই।

পোলিস মথন অসি য়েংশিন্নবা মেজিস্ট্রেট ২৬ হায়বদি Lord Mayor অমসুং কহনলোন কযানা পালি নাইনা অমুক খুদিংগী ফমহন রাকৎ পীবকপ পৃম্বা লৌই। London city না কোনবা লমদা লৈবা মখি মসুম তৌরম্মী।

পোলিস (পো অমসু ওরদর নীংথিজন ভাক্কবা খুংলাই)

Teuton না কাওনা কাংলুপ ওইনা লৈবদা মুভাইনা য়েংশিন্নবা নীংতম্বা (freemen) গী কৌব ১০থক মী অমগী লমচৎ য়েংশিন্নবদ নংনা কাঙলুপবি অরানবা তৌবা মীহু পুথোক্কবা শেমখি। Tithing (তরা পোকপগী শরূক অমা) মী হায়বা কাঙলুপকি মকোক অদুগী হৌজিক্কি British অমসুং আমেরিকাগী পোলিসমেন অসি থোকখিবনি। খৃঃ চহি চা ১৮ শুবদপদা tithing হায়বা মী অসি ওনবা পীদনা নংগা গগনবা ওইনা থমখি। Industrial Revolution গী মতমদা সমসা কয়া থোকপহু মহাক্কা লাক্কবা ভমখিদে। Robert Peel না London দা মুগী পোলিসদা নত্তনা Metropolitan পোলিস থমখি। মহাক্কা তৌরগুম্না খৃঃ ১৮৪৪ দা U S. A. গী New York সহরদা তলব পীবা পোলিস ফোর্শ থমখি মথংদা অসুম শন্দোরকই

কনষ্টেবলনা নিংগা মথৌ তৌই। হুরান নীষ্টি ভাকপনা অচৌবা থৌদা ওই। খৃঃ ১৮১৯ দগী ১০% না অচম্বা ফিজেৎ শেত্তুনা C. I. D. নত্ত্রগা Detective ওইনা থমখি। ব্রিটিশকি থানাদা নোংমৈ পুবমদে। কিগদবা মবম লৈরগা অথম্নবা মতমদা পী। অতেনবা মতমগী ওইনা অহৎবা ওফিসারশিংদা নোংমৈ পী।

জর্ম্মনীদদি Emergency Police না কশিং চাউবা, লালহৌবা অমসুং লম কিস্থবদা থবক তৌই। জাপানদদি মী ১০০০দগী হেন-

বদা সহর অহুগী পোলিস শক্তি থমই। খৃঃ ৯ ৪ দা Police Force পুম্বা National Service তা ওম্লোকই।

ফ্রান্সকি পেরিসতনা London দগী হেন্না হুরান চীঙ্গি ঙাকপা হেনখি (খৃঃ চহি চা ১৭ শুবদা)। নিংথৌরেন Louis XIV না তলপ পীবা Inspector ৮০ থমখি। পোলিসকি মকোক Sartine না Louis XIV দা নাপন কানা হায়খি ' ইবুঙো লম্বেলদা মী অহুমথকনা মহৈ মহৈ রারী শান্নরবদি মথোইগী মরমদা অমদি এঐগীনি"। পোলিসকী মকোক্না নুঙ থাবা, লম্বী শেম্বা, মৈ থানবা য়াউই। মহৈ তম্ফমশঙস্থ লিংখৎলি। খৃঃ ১৭ ৬ কি French Revolution মতুংদগী রিপব্লিক ওইরগা General Police কি অনৌবা মন্ত্রী মণ্ডল শেমই। অম্নুম শেমগৎলবদা ফ্রান্সকি মীপুম তিনা শোন্নরবা C. I. D. গী থবক হৈরবা Francois Eugene Vidocq পোকখি।

পোলিসশিংদা প্রজানা মিৎয়েং অফববোমদা থমদে। পানলিবা সরকারহুগা পেন্নবা ময়ামগী কান্ননবা তৌদবা অমসুং ফিহনগনবা কাঙলুপ ওইহনলি। মতু শেংদোক্নি। British Police অসিমক গনতম্বগী মচাক য়াওই। Sir William Sleeman কৌবা ভারত্ত ঠক লাকশিনখিবা নিপাসি "The greatest police man of all ages (মতম পুম্নমক্তা খুৎইদগী হেনবা পোলিসমেন হুগ্ন।

মণিপুরদা পোলিসকি ভাব

পৃথিবীগী মফম খুদিংদা নীংশিংবা পোক্লুবা মতমদগী পোলিসকি রাখন লৈরে হায়বসি মীওইনা কাঙলুপ ওইনা লৈমিন্নবা, খৎনরকপা অমসুং হুরানবদগী উংপা ঙমই। মণিপুরগী লৈঙাকলোন নৈননবদা চৈরাকশঙ চৈরাপ) নীংগিনা লৈরকপা উই। নুপীগী পাৎচা ফৈদা লিংঙনা কাঙলুপশি চাওখৎপা উংলি। খৃঃ ১৬৮ দা কৈন্তুমশঙ (জেল) খৃঃ ৭ দা পোলিস অউট পোষ্ট ১৮ লিংখবা, খাগেম্বা (১ ৬ ৬ ১) না দোলাইপাবগী লোইশঙ শেমখিবা থেংনৈ।

গরিবনিৱাজ (৭০৯-১৭৫০) গী মতমদ. চৈরাপ অমসুং পাৎচা

কৈজোগী মীশিংনা হুমিদাং মথৌ পুবা, থবক তৌবা কম-মমিং য়াম-লকপা; গম্ভীরসিংহগী মতমদা (১৮২৬-৩৪) State Militia শেমগৎপা অমসুং চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা নীংথিনা শেম শারবা মতাং কংই। খৃঃ ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনখিবনগী অনৌবা ভাব মণিপুরদা হৌদোকখি।

দোলাই পাবা হায়বসিনা ঙাংশং ঙাওবা কোয়েৎ অমা য়েৎলি। কৈজোম অহু খুকউ ফাওবা তাখৎলি; ফুরিৎ অমুবা অথাবা অমা লিংলি। বৃটিশনা পানবা হৌরকপা মতমগী কনস্তেবলশিংনা অশংবা খাকিগী অকে ম্বা ফুরিৎ, অশংবা কৈজোম, অঙাংবা কোয়েৎ-না ইউনিফোর্ম ওই। খৃঃ ১৯১০ দগী Eastern Bengal and Assam Police Manual অসি মণিপুরদা চৎনরে। খৃঃ ১৯০৭ তা Manipur State Darbar লৈবদগী Police member অমা থমখি। মহারাজগী মখাদা State Military Police লিংখি। খৃঃ ১৯০৮ দা মমিং মণিপুর রাইফলস থোনখি। খৃঃ ১৯৪৯ দা মণিপুরনা ভারতা তিনশিনখিবদগী অনৌবা মওং হেন্না লৌরক্লে। মখাদা নৈনগনির।

## সিভিল পোলিসকী হৌঙান তোঙানবা শরুকশিং

খৃঃ ১৮৯১ দা মৈতৈনা মায়থিখিবদগী ব্রিটিশকী শাসন মনিপুরদা পুরক্লুনা নোংচুপকী ভাব হৌদোকখি। ইউনিফোর্ম শেংপা, শেলনা তলব পীবা অমসুং Eastern Bengal and Assam Police Manual চৎপা কংলক্লে। খৃঃ ১৮৯৮ দগী চৌকিদারশিং হংপত্নুবা Rural Police Force শেমখি। Indian Penal Code অসি সিলেট জেলগী মীওইনা লমসিগী

বন্দি ওইনা থম্বা মভাংদা শিনলকখি। পোলিস বিভাগ মণিপুর ভরবারগী মখাদা অমুক লৈখি। State Military Police অসি মহারাজগী মখাদা থমখি। মহারাজদা ডরবারগী পোলিস মেম্বর অমসুং Assistant Commandant না মতেং পাংখি। ঘটনা কয়া মাযোক্নবা পোলিস মশিং অমসুং ষ্টেষন মশিং হেনগৎ-লকখি। Prosecution Branch, খৃঃ১৯৪ দা স্বাধিন ফংলবা অমসুং মণিপুরনা ভারত্ত তিনশনবা মতুংদা ষ্টেট মিলিটরি পোলিস অসি Manipur Rifles কৌরক্লনা C I. D section, Civil Policeকা Manipur Rifles গ তোঙানা থমলকপা, CRPC চৎলকপা (১৯৭৭), ফিক্সেৎ হোংলকপা, ফমথোন মথং মথং শেম-লকপা. Tear Gas কি সেকসন, মুপীগী সকাদ থম্বা. মৈনা চাকপদগী কন্নবা শকক অমসুং Wireless communication গী মায়ৈকে অস্মুম হাপকৎলকই।

হোম গার্ড অমং সিভিল ডিফেন্স ওরগানাই-জেসন— শান্তি থম্বা ঙমলক্লবদা প্রজাশিংনা ইউনিফোর্ম শেৎপা পোলিস, আরমী অমসুং C,R.P নাচংবদা মরাল থমই। মীশিং অসুক য়াম্বগী আইন ঙাকপসি পোলিসকি থৌদাংদনা ঙমলোই খনবদগী রাখন থনবা মীওইশিংনা 'Volunter Force' অমা থম্নবা মত পীনখি। অথন্নবা মীওই খরদা মতিক চাবা ট্রেনিং পীহ্না লৈবাক ঙাকপা মীওই অমসুং সমাজদা মতেং পীনবা হোম গার্ড শেমখি। য়েক্নবা লমশিংগা লান শৌনবা, লৈবাক মপুংদা হাৎন শুনবা, মুহারাবা অমসুং ঈশিং চাউবনচিংবদা ত্রেন তৌরবা কাঙবুশিং অসিনা প্রজাদা মতেং পী। মীশিংদি মতীক চানা লৈবনা হোমগার্ড অমসুং সিভিল ডিফেন্স ওরগানা-জেসনগী ট্রেনিং ফংলব। মীশিংনা সমাজ সেবা তৌবা ঙমই হোমগার্ডতা য়াউবা মীওইশিং হেনি মপুংদা পৈশা খরদং প্রাজিং ওজ্জা পী। চপচামা চংবা সিপাইশিংগা থৌরৈ।

"নৌরিঙৈদা শেমহৌবা" হায়বা রাভাঙ অসি ঐখোইনা তোয়না শীজিন্নি। শান্তি কায়হনা থংনবা থোক্লবদি দায়িত্ব লৈবা ওফিসার অমনা খুদক্তা মফমদুদা চত্তুনা নমথনবা হোৎনগনি থবক অসি মাইপাক্না পাংথোক্লবা নীতি নিয়ম ভাকপা হুকুম ইনবা Force (শক্তি) অম পুগনবনি। নত্রবদি থবক পাংথোকপা ভমলোই। লান থেংকপা অদু নমথগে হায়রবদি department কী হুকুম ইনবা, মথক থোংবগী হুকুম পাংথোকপা Force শক্তি) তনা ভমত্ত। পোলিসকিদমক্তি ডিসিপ্লিন চঙবা য়াদে

মরক মরক্তা, মীশিংশিং লিশিং তিনলি; লৈবাক অমগী গবর্নরনা মকম অমদা চংপা মতম, নত্রগা অচৌবা কুমম লাকপা মতমদা মী তিলবদগী লম্বী শেংদোক্লবা মীয়াম অত চুন্না থম্নবা পোলিস ফোর্শ চংই। থবক অসি মওং চুন্না থম্নবা অমসুং লাইনা পাংথোক্লবা ফজনা তম্বীরবা ফোর্শ চংই। পোলিস ডিপার্টমেণ্টকি মেম্বরশিংবু ফজনা লাকশিন্নবা ডিসিপ্লিন চংই। মীয়াম তিনবত্ত নিয়ম ভাক্না থম্বসি তোয়না থোক্কল্লি। মহ তৌদ্রবদি ফত্তবা লাকই। পোলিসতা লৈবা মীওইনা Dept কি থবক মুন্না খওফম থোকই। মথক থোংবগী হুকুম নিংথিনা ইনগনি। লোয়শঙ অসদা থবক শৃংগী খুদোংচাবত্ত ফংবনা নাপন কাজগনি; মখোয়না তৌগদৌরিবসি ময়ামবু খুদোংচাবা পীবনি অমসুং থবক ফজনা তৌহনা লোয়শঙসিগী মায় ভাকপা ওইহনফম থোকই।

(২)

## লুবা নানবা অমসুং লমচং ফজবা

পোলিস ওফিসার অমনা অনানবা ফিজোন মতমপুম্বদা শেৎকনি। মশানা mufti (চন্না ফি শেৎপা মতম) ওইরবসু নিয়ম অসি ইমগনি। ফিজোন শেৎপা কালদা মীহুনা কোয়েং কোট,

shorts, (খোংগ্রাউ অতেনবা) putty, (মখুম শমজিনবা) নচিংবগী ইকোন কোনবা নিয়মশিং ইনগনি। মী য়াম্না পুনবা মতমদসু ফিজোন অদু uniform (চাং মান্নবা) ওইগনি। পেটি কুদামনচিংবা মতম-পুম্বদা নানহনগনি অমসুং লংহনগনি। ফিজেং শেংপগী মতাং নত্রগা লুংগী মরমদা মথকথোংবা মীওইদগী করিগুম্বা ফত্তবা রাখল পোকহন্দনব পুক্কিং চংগদবনি। মথক্কী ওফিসারনা ফিজেংকী মরমদা ফত্তনা খল্লবদি মখোয়গী ইকাইফম ওইগনি।

ইউনিফোর্ম শেত্তনা অচম্বা ফিজেৎ শেংপা কালদা uniform মচেং শেংপা চুমদে। খুনগী Beat তা, নত্রগা সোরোক য়েংনবা থাবা মী-ওইনা চুমদবা মওংদা পোলিস কোট অমসুং কোয়েং তমক হাপই। মাস তৌফরোই। মতিকাবা ফিজেং শেংপা মীবু প্রজানা ইকাইখুম্মি। ইউনিফোর্ম শেংপা পোলিসনা মখৌ পাংথোক্কবা হোং-নবদা কননসু নিংলোই। মহ তোরবদি দণ্ডি তৌবা য়াই। ফিজেৎ শেংপা পোলিস ওফিসার মগক খ দে হায়বসি কনামতনা পুথোকপা চুমদে। মতুদগী ফংলক্কবা য়াই।

পোলিস ওফিসারনা ফিজেং শেংপদা প্রজানা নক্কবা পামদে; লাপথোকই। ওফিসারনা মঙোন্দগী লাপ্না লৈবা মতমদা মাগী অথরিতিগী ব্যবহার থম্বা ঙমহ।

অচম্বা যিজেং শেংলবসু ওফিসারশিংনা প্রজাশিংগা দরকার লৈতনা তিনশন্দ্রবদি মখোইগী মফম খংহনবা ফৈ; লমচৎ অদু কজনা চৎপা চুমই। লুহেন্না শেংপদু ময়াম্না নীংথিনা ঈকাইখুম্মি! মশম অমসুং মকোই মরাং অদু কজনা কক্লবদি ওফিসার অদু খিংবা অমসুং নানবা ওইনা প্রজানা উই। মসি নত্রবদি, ফিজেত্না শেংবনদি মহাকপু খিংবা ওইনা উহন্দে।

পোলিল ওফিসারনা মখোইগী খাঙপোক, স্তেসন, য়ুম লৈফম অমসুং মাঙোল অদু লুনা অমসুং নাম্না থমগনি। প্রজানা মখোইবু

ঈকাইখুম্নবসি মখোইনা পোৎ পুম্বা নম্না থম্বা অমসু' ডিপার্টমেন্টকী আইন ভাক্লগা হেনগৎলি।

(৩)
## অনৌবা মফম অমগী জ্ঞান

পোলিস ওফিসার অমা দরকার লৈবা কালদা মফম অমদগী অমদা হোংহনবা যাই। হুরান চীন্থি ফানবা অমসু' প্রজা দা মওং ওইনবা মহক্না হেক যাবমখি ভন্না অনৌবা স্তেসন অত ফংবগ মগান। মথাগী মরমশি' অসি কুপ্না লৌগনি ঃ—

(১) অনৌবা মফম অদু বেলজংসন ওইববদি তোঙান তোঙানব ত্রেনশিংনা করম্না মতমদা থুংলগংগে অমসু অতোপ্পা মফমদা চৎকদগে করম্বা মফমদ চৎকদগে হায়বা খঙজিনগনি। গুমিদাং চেনবা ত্রেনশিং অখন্নবা খঙজিনগনি।

(২) মোতোর গাড়ী, বস, পোংপুবা গাড়ী অসিনচৎবা, স্তেসন অত থাবা মতম, মখোইগী পন্থুং অমসুং মফমসিদগী চৎখিবদা অমসুং পন্থুংদা যৌবগদবা মতম খঙগদবনি।

(৩) তোঙান তোঙানবা লম্বীশি' অমসুং খোঙনা চৎপা যাবা মখোইনা যৌফম লাপ্পা অমসুং লম্বীদ' কাউরনা চৎপা যাবা মমিং-চৎপ মফমশিং খঙজিনগনি।

(৪) মফমনাযবা মীগী মমিং, লৌযামচাবা মী অমসুং মচিন-চৎপা মীওইগী মমিং খঙজিনগনি।

(৫) মফমদুদগী কান্নবা মিল, কারখানা, শলোনফম য়ু হুকান অমসুং মখোইগী থবকগুবগী মওং খঙগনি।

মথক্কি পোংশকশিং অসি খঙলবদি হুরানবা ফাবা লায়। মথক্কীসিগা মরি লৈনবা পাউ কনাগুম্বনা পাম্নবদি অগৌপীশক থায়দনা পোলিসনা ময়েকশেনা পীগনি। অসিগুম্বা থবক্তা প্রজা পেংহনবা অমসুং লোয়শং অসি পামহনবা ভমগনি।

(৪)

খুল অমা চংলুবা

ষ্টেসন অমদা তৌগদবা হবকশিংগী মখুংদা খুাইদগী মরু ওইবদি খুন চংপনি। অরাংবা ফমগী কোর্শ অমদগী খুাইদগী হেন্ন কোমনা মখোইনা পাংথোকপ য়াবদি মসিনি। সাধারন প্রজাগা লোয়ননা চংমিংবগী খুদোংচাংদ কংবনিনা অতৈ ফমগী মেম্বরদগী মসিনা খুদোংচাবা হেনগংলি।' থবক অসিদা পুক্রিং থিংজিনবনা পোলিসনী মথৌ ন। ফম হেন্না রংবা কাঙবুনা অতৈ মথৌ লৈংবন খুন চংপা মতম লৈতে। ঙহাংবা মতমদা খুন চংতুনা মী উনবা ঙম্নংস্ত পুন্সনা মখোইগী ফম চাংওবনিনা খুঞ্জা অযাম্বন মনীংতম্ন মখোইন চংশিন্দুনা অরাবা অমস্তুং শবেংনবগী রাবী শাব যাদে। পৌংগুবস্তু পোংকসংকিদি পুমখোন খেন্নব মওংনি। পোলিসগী অচম্ব। মীওইগা খুঞ্জগী মীওইগ ক্লাস অমত্তদা লৈ। খুনগী ঈরাং অমস্তু থোদোক্ত মবীদা রাবী শান্নবদা তাংথ বা লৈতবা পোলিসনি। পোলিসনা পামহন্নংগী তাং উংনিংবদি মখোইনা অমগা অমগ খংনবত্থ থানাদা পাউ দমগনি। রারী শানবদা শন্নাংগী ইমুং-মমুংগী নৈনবত্থ রাবী তৌনগনি। মুপীনা মরাগী. মপানা মচাগী অস্নুম্না ভারুগনি। খুনগাংদা লৈত্থনা খুনজাশিংগা মতম কয়া রাবী শানবা মতমদা থাজনবা পোকলকই।' Process Service (মবী লৈনবা থবক মযাম) নত্রগা ফত্তবা থোক্লকপগীদমক থিবা চংপা মী পুম্বা থবক অত্থ থুনা তৌথোকপা, খুন অত্থ মখোয়না চংলমই হাযবগী সহি অ beat book (বুক মখন অমা ফংবরা মুচাই। মখোইগী নোটবুক্তা শিম্বা অত্থ পাংথোকলে হাযবা ইশিল্লি।' থবক অসি মী অমনা তেক্তা খঙই। খুনগী অচম্বা থবক তৌবা মী-স্তু চপমাননা পা থোকপা য়াই। হৈরবা কনস্তেবল চংদে। তৌইঙম্বস্থ খুন চংপগী থবক অত্থ পাংথোক্লবগী অচৌবা মুক্ষম শেমই। (মথা য়েংউ)'

---

(1) কেশ VII (৭) শরুক II য়েংউ।

খুন চংপগী থবক তৌবগী খুৎইদগী অন্নাইবা লম্বী খঙবা চুম্মই। Guide (লমজিং) লাইরিক্তা পাউখুম পাম্বা তোঙান তোঙানবা য়াহংশিং পীরি। মহু নোটবুক্তা ইসনবা ভাই; য়াহংশি অহ ফজনা নৈনরবা অমস্থুং করিগীসমক পাউশিং অসি পামলিবনো হাইবহু খঙলবদি চংলিবা খুন্দা পুক্কিং থিংজিনবা ওমই। স্তেসন্দা থবক তৌরিবা কনষ্টেবলশিংনা য়াহংশিংগী অর্থ কান্নবা খঙদে অমস্থুং পাউখুমনা করি কান্নবগে হায়বহ ত াদে। অহুমা থবক অহ ফজনা তৌদবা অমস্থুং মখোইগী নোটবুক্তা চংলুবা খুল অহুগী মরমদা পানবা য়াগা কান্নবা পাউ কয়া য়াওগনে। য়াহংশিং অসিগী পাউখুমগী কান্নব জ্ঞান অহ মখাদা ব্যাখ তৌরক্লনি।

## (৫)

## খুল অমা চংলুবা (চংথরকপা)

লমজিংদা পীবগী মতুংইন্না খুল অমা চংপা কালদা মখাগী পোইন্তথরসিনা থিকম বিষয় ওইগনি, মহুদি :— (১) হুয়ান চৗঠি নমথবা। (২) অরিবা অমস্থুং অনৌবা থৌদোক্কী পাউশিং। (৩) খুন্দা হুয়ানবা খুৎপু অমা চংপা। (৪) শকখঙদবা মীওই থুংলবা। (৫) হুয়ানবা কাঙবু নত্রগ লমলানবা মীওইনা খুল ফাওহুনা চংপা কান্দা শিবা য়াবা মরমশিং। (৬) কে ভিশিংগী লেংওৎপা অমস্থুং হিংবগী মওং। (৭) য় য়োনবা হুকানশিংদা চংপা মীওইশি। (৮) কস্তবা য় শুংবা অমস্থুং য়োনবা। (৯) Indian Arms Act কি নিয়ম থুগাইবা মীওই। (১০) খুনগী পঞ্চায়েৎশিং। (১১) পৈশা গোমজনবা। (১২) নাক নাক তাহনা থংনবশিং। (১৩) শাস্তি থুগাইবা য়াবশিং। মখক্তা পীরিবা লিষ্ট অসি য়েংবদগী খঙই মহুদি অহানবগী তয়েংশুবা অ ইতেম (পরেং

(2) কেশ XI (১১) শরক II য়েংউ।
(3) কেশ XVII (১৭) শরক II য়েংউ।
(4) কেশ XV (১৫) শরক II য়েংউ।

তোঙানবা মতেক অমা) না ইণ্ডিয়ান পেনাল কোডতা শেন মগুবা ; আইতেম নম্বর নিপান অমস্নুং মাপগনা Special অমস্নুং লে কেপ আইনশিং অমস্নুং আ-তেম তরাদগী তরাহুমদোইনা শান্তি থুগাংবা য়াবা অমস্নুং ইশাগী তমথীবা য়াবা মরাল ওইরকদবগী মরমশিংদা মরী উংলি । মথাগী পন্দুপশিনা করিগীদমক থীজনবা অসি তৌ রবগে হায়রবা মরম পীরি ।

াবরয় খুদংমক নৈনাত্রিভৈদা পোলিস অহুনা খুনগী মকোক-পৈশ পরবা মী, পোলিস অমস্নুং খুন্দা লৈবা মরুওইবা মীওই উনগনি । মথক্কি মরমশিংঅসিদা মখোইনা করি হায়গদগে হায়-বঃ পুথোকপা অমস্নুং মশাগী মওংদা মহু চেৎহনবা অসিনি । হীরমশিং অসিদা রাবি শাহনা খুনগী মীওইশিংদগী। পেলহন্দুনা লৈথে ক্লগা মখোয়দা চীংনবা পোকহন্দনা verify (চেৎশনহনব) তৌবা চুমই । খুনগী মীনা পিবহু চিংনৈ হায়রনা মথা থিরিবনি হুয়হু মখোযদা খণ্ডনবা চুমদে । রায়েনশঙদা সাক্ষী ওইবা খুনগী মীনা পামদে অমস্নুং য়ুমলে মবা অমগী (মরুপ নত্রবসু মী-নম্বা হাযদোকপা পামদে । লমজিংদা য়াও রবা রাহং অহু মতিক-চাবা পাউথুম ফনবা হুপ্তিল্লবদি পাউ অমতা ফংদবসু য়াই ।

অহানবা আহন থুগাহবহ নমথনবা থিবা তাই । পোয়লিসনা ফাবা ভমত্রিভৈদা অচুম্বা মশিং খংনবগীদমক্কি । মার লৈনদবা থৌদোক্কি মনাক অহুভৈগী হুরানচিষ্ঠিনা তৌবা য়াই । খুন অহুদা আহন থুগাইবহু মথং মথং চৌবা নত্রগা মনাক নকপা খুনশি দসু তৌববাদ থবক অসিদ চথরবা কাবনা তৌই হায়বা য়ারে । খুনগী মুনসিফ শিংনা খুনদা লৈতবদগী নত্রগা তনবদগী চাংনাইনা হুরান-চৌষ্টিগী পাউ তমদে. অহনা চুম্না খংবা ভয়বা মচাক পীদে । মরম অসিনা খুনশিংদা পোলিসনা থিজিনবা তাই । ঘটনা থোকই খল্লবা অমস্নুং খুনগী মকোক অহু থাজদ্রে খল্লবদি চেকশিন্না, থিজনর্গনি ।

পাউ তমলদবা থৌদোক অহু পোলিসনা খঙলবদি পোলিস স্টেসন্দা খুদক্তা তমগনি ।

খুল অমদা লৈবা মীওং মশিং যামদ্রে অমসুং মচিংগী উন্না নাবি তৌনৈ অমসুং মথেযনা খঙবা তোকপা পুম্বা নৈনৈ। সহাংগী মীচদি মশিংগুম্না খুদোংচাবা ফদে। অদুনা খুলদা লৈবা মীদা পাউ লৌনবা চংপা চুমই। মশিংগী মথক্তা, সহবদা লৈবা মীদি মথৌ চিনংনা অতৈগি মতমদা নোবি শাং শদে। খুলগী মীনা অশংবা মতম হেন্না ফংবনা রংরি শাহনা তেকখংলি। খুলগী মীশিংগা ইচম চম্না রাবি শান্নবদা অনৌবা অমসুং অবিবা আইন থুগাইবা থৌদোক্কী কান্নবা পাউ ফংগনি।

হুবান-চিঠি তৌবা খুৎপ অসিনা হিনংগী পান্থে ফংলক্তনা মফম অমদগী অমদা চাকনিবা সাজিন্নদুনা চংলি, তৌহুমসুং তশেংনমক হুবানচিঠি পাঙথোকই। চিংনবা যাবা শকখঙদবা মীওইনসু মসিগীদমক লমকোয। মখোযনা তৌব মবালশিং পুথোক্লবা মখোযন চংখিবা খুলশিং অমসুং তৌবমগবদা মবাল তত্থিবা হৈফে। শকখঙদবা খবদি শন্ন হনবা যান্না হৈ অমসুং মখোযনা চংলম্বগা শন নাঙ গা থোকমিন্নে। মখোযনা চংপগী অমসুং মবালগী অকুপ্প অহ থৈসন্দা পুবক্লবদি পোলিস অদুনা মবাল করা পুথোকপদা মতে পাংই। পাব অসি Item (পরেং তোঙানবা মতেক অম) মশিং ৩,৪ অমসুং ৭ গা মরি লৈন।

কে.ডি শিংন্না চংপসি যাম্না মরু ওই মখোয অযাম্বা যান্না তৌবা মরাল লৈবা মীওইনি অমসুং জেল থমলবা অমসুং মরাল পিবব ফাওবদা শেমদোক্কে। লোয়নবা মী কয়া খো মজনহুনা কত্তবা থবক তৌই অমসুং তোঙানবা মফম কয়াদা পুহনা হুরান-হল্ল। মখোয়গী লোয়নবশিংগী মরমদা কুপনা থিজিনবনা ১সুং মখোয়গী হিংলিবা মওংনা মখোয়তা হুরান্দুনা হিংবগী মওং অমসুং

পুথোকপা পান্নে পুম্বা কাওবা ভমই । মসিগী মথক্তা মখোয়গি চিংনিংভাই ওইবা মচৎ অমস্তুং পান্নে লৈতনা চিংবা অতগী মরমদা কুপনা থিজিনবনা মখোয়বু C R.P.C. গী অথিংবা সেক্সনগী Provision (খোরাং তৌবা) দা পুরক্লবদা কানগনি। বেঃ ডিঃ অমনা অয়াপ্পা খুলগী মরাল অমদা ফংলবা অমস্তুং মগী শকফম তাং-দাংবা খঙনবগী মায়োক্তা সাক্ষ লৈরগদি নোট বুক্তা খ লদগী মা লৈতবা প্রুমিৎ অহু হাপ্পা কান্নে । পন্দুপ অসিনা নম্বর ৬কী আইতেম অহু নৈনৈ ।

য়ু য়োনবা হুকান অসি আইন থুগাইবা মীওইগী উন্নকমনি। মবুক শেংদবা য়ু য়োনবা মী ওই হুরানবা পোৎ-চৈ ফংই । অহুগী মথক্তা আইন থুগাইবা মীওইনা ফত্রবা থবক তৌদ্রিংইদা য়ু খরা থকচিল্লি । য়ু য়োনফমদা হুরানফম অমস্তুং হুরানবা মীওইগা নকনৈ । হৈশিংনা ফাবা হৈগা পোলিসনা অচম্বা ফিজোস শেং-লগা অহিং তুমজমদাইদা উথোং অমদগি মনা থাঙত্তুনা তারবদি লংলা লংজন কয়া ফংনি ভাই ওই। য়ু ভাওবা হৌবনা লৈতোন শেংনা রা ভাওবা ওইরকই, অমস্তু রা ভ ভগন্দবা হুরানবা অহুস্তু য়ু থকখিবদগি ভাওখোরকই । পনদুপ অসিনা আইতেম ৭ নৈনৈ।

(৬)

খুল অমা চৎলুবা — (চত্থরকপা)

আধ্যার অসিনা অখন্নবা অমস্তুং Local Law (মফম মফম-গি আইন) অমস্তুং খুলগি রাজনীতিনা আইন থুগাইবা থোক-হনহু উংলি । পোলিসনা য়ু শুংবা অমস্তুং য়োনবদা করিগি য়েং-শিনলিবনো হু য়বহু খঙবদস্তু য়াই । থবক অসিগা মরি লৈননা সরকারগি Excise Department লৈরি । সরকারনা য়াহ্না য়ু য়োনবা হুকান অহুদা আইন থুগাইবা মীওইনা হেক হেক লাক্লগা মরম চুমদনা য়ু শুংবা অমস্তুং য়োল্লবা মফমদা ময়ামনা উদবা ফত্তবা মীওইয়াম্না ভিল্লবদি পোলিসনা মহু পুক্লিং থিংজিনফম থোকই। চিংনদনা পোলিসকি থবক্লা Excise Dept বু মতেং পাংই ।

মথংদা থিজনগনবা খুনগী আইতেমদি আইন থাউদনা নোংমৈ থম্বগি। Iodian Arm s Act দি মতুংইন্না আইন থ়গাইবা মি পোলিসনা য়েংশিনবা চুমই। থবক অসিগী কান্নবা মথন অনি শুই। Indian Arms Act ( ভারতকি খুৎলাইগী আইন ) অদু মমুৎ তানা চৎহনবদা নত্তনা তম্বীবা মরাল কয়া থোক্লকপা থিংই। মরাল চাউনা লৈবা মীওইনা অকায়বা তৌবদা পুক্লিং ফাশিন্নবা য়ু থকই ; মৈগী খুৎলাইনা মতু পাংথোকগদা মতেং পাংই।

অতনা অতোপ্পা অথন্নবা অমসুং লমলমগী ওইবা আইন কয়া লৈরবসু Excise Act (অতোপ্প পোত্তা লৌবা খাঙ্গনাগী আইন) অমসুং Indian Arms Act ( ভারতকি খুৎলাই পাইবগী আইন ) না আইন থুগাইবা অমসু মাঙাব্রবা তৌরকপা ওইরকপদা হেন্না পুক্লিং থিংজিনফম থোকই।

অরোইবদা খুলগী রাজনীতিদা পুক্নং চাদব থোকই। খুনগা মরুওইবা মীপুম্বনা পঞ্চায়েত শেমই অমসুং খুনগী মরি লৈবা সমাজগী অমসুং আইনগী রাহং কয় লেপই। হৌজিক্তা অনৌবা পঞ্চায়েতকী আইন্না শক্তি পীব্রবদি মথোইনা পাংথোকপগী অধিকার রাংলি। সরকারনা খঙদবা মীওইশিংনা কুইনা চৎলক্লবা আইনদগী মথোইগী শক্তি ফংই। মথোইনা লেপ্লদু খুনগী মীনা য়ারিবমখৈ খুদোংথীবা থোক্তে। তৌইগুম্বসু তৌনিংবদা তৌরকপদ তুংগী খুদোংথিবা লাক্লবগী লম্বী কাকই অমসুং খুন অদু অনিথোক্লা খায়দোকই। পঞ্চায়েতকি মীওইনা মথোয়না লেপ্লদু চৎহল্লিংই অমসুং নাকন অনিদা লৈবা খুনগী মীওইনা নত্রগা নাকন অমনা মত য়েংনিংই। খেন্নবা অদু হেন্না লুসনলক্লুনা অকায়বা কয়া তৌরকই ; শান্তি থুগাইবদু তম্বীবনা ইনলকই, অমসুং পোলিসকি মথৌ অদ শুকলোই লোইরক্তে।

পোলিসনা মথৌ মদু ফজনা পাংথোকপদা কয়া নিংবা য়াই। নোটবুক্তা মত খেন্নবা অদু ইশল্লবদি Station House Officer

নামহু খঙহনা ফত্তবা থিংগনি অমসুং খুলগী মীনসু লেপহন্দুনা লৈরবদি শাক্ষীদা মতেং পাংবা অমসুং কোর্টনা অচুম্বা পুরকপদা মতেং ওই। থন্দা শান্তি থম্বা ঙমই।

খুনদা পৈশা খোমজনবত্ত কুপ্পা থিজিনফম থোকই। মরম অমদা খুন চাওখৎনবা নত্রগা কুমৈ অমা তৌনবা পৈশা খোম্বাদা থিংফম থোক্কে। তৌইগুম্বসুঙ করিগুম্বদা পৈশা অহু খাযরগা রাজনীতিগী ঈহো নত্রগা রাজনিতি রালাগী লাউহনা চঙবগা মরী লৈনৈ। তৌরবদি পোলিসনা থিজিনহুনা Station House Officer বু মাগী চেকশিনহনবা অমসুঙ ঈহো অহু ফজনা নমথনবা শন্দোক্কনবা কন্না হোৎনব্দা মতেঙ পীগনি।

স্তেসন্দদা খুনগী পাউ পীরবদি হুয়ানচীন্থি ফাবা মতেঙ ওইগনি। মখাদা কুপথনা নৈনরি।

(৭)

## হুয়ান চীন্থি ফাবগি থবক

কনস্তেবলগী ফম পায়বা মীদা ফার্বাগ দায় লাক্কে। ফাবগী মতাঙদা দিউতি তাবা পোলিস ওফিসারদা কলস্তেবলনা মতেঙ পিগদবনি। অৎপি মথক্তা স্তেসনগি Detective Officer লৈতবদা হুরানচীন্থি ফানবগি অহানবা থবক অহু লৌখৎপা য়াই। থোদোক অহু থিজনলিবা ওফিসারনা লৌত্রিফাওবা পোলিসনা থরায় য়াউনা থিজনবগী পাঙথোকপা চঙই।

স্তেসন্দা রিপোর্ট তৌরগা থোদোক্কি মরাল লৈবা মী অমা নত্রগা হুয়ানখিবা পোৎ অমা থিবা দরকার ওইরবদি মথোইহুগি বর্নন অহু খুদক্তা ফাগদবনি। পোৎ অহু পুরক্কদবা নত্রগা মরান

লৈবহুনা চৎকনবা Station দা মাংজোননা পাউপীগনি। পাউ তাবদা ফিভম য়েংহুনা wire (তার) নত্রগা ডাক নত্রগা মী থাহুনা হোৎনফম চুমই। নাম্বোকখিদনবা অথুবা পাউ পীগনি। মরান লৈবা মীহুনা রেলরে শীজিন্নখিবা য়াত্রা নত্রগা হুরানবা পোৎ অহুম্ রেলদা পুখিবা য়ারবদি Railway Police দা খঙহনগনি।

মসি তৌরগা মরাল তৌফমদা পোলিসনা পুনমক চৎকনি অমসুং থৌদোক পুম্বা মপুংফানা য়েংশিনগনি। শিনফম ওইনা চত্থরবা Criminal (মরান লৈবা মী) না তৌরিবা ৎবানবগী থবক অতুগী মপু ওইবা যাবা মঙংদা অথন্নবা মেথোড হৌদোকচ[1] । মরাল লৈবা মীনা পাঙথোকপা থবক্কি মওং হুবানফমদা মখোয়না হুন্দোক্লম্বা পোৎ[2] খোলগুলু[3] অমসুং খুৎকি মমি তাবা নত্রগা মখো ইনা শীজিন্নবা পোৎ অহুনা হুরানবা ফাবদা মতেং পীগনি। অন্না-ইবা মওংদা খুং অমসুং খোৎগী Print (মমি তাব) অহু শীজি-ন্নবা ঙমত্রবসু মহু খঙনবা অমসুং থিজিন্দুনা ওফিসার লান্নগা তান্নবা চেকশিনগদবনি।

থৌদোক অহু ফানবা পোলিস অমব্ শিন্থাববদি হুকুমশিং অহু খঙজিন্দুনা থুনা চৎলগা অচুম্বা ঈ পাউ লৌনবা হোৎনগনি। হুন্দোকপা য়াদবা নাত্রবদি থৌদা অদুগী মরমদা কনাদসু খৎহন-ফম থোক্কে। অরেম্বদা চিন য়ান্না থীবগী মওদা পাউ লৌনিংবা মীওইদগী রারী শাদনা পোলিস অহুনা থাংবা কনবা অমসুং হৈশিংবগা লোইননা কংনবা হোৎনগনি। অশিংবা পোলিস ওফিসার অমনা মশাদি য়াবমখৈরা ঙাঙদনা অতৈদা পঙপাঙ পাঙ থোকহনলি।[4]

পোলিসশিংবু মী ময়াম তিনবা অমসুং কুম্মৈ তৌফমদা বন্দোপস্ত দিউতি (মথৌ) পীবা য়াউই। পৈশা লাকপা, ফুরিৎ

১। কেশ নম্বর xvi (১৬), শরুক টু
২। কেশ নম্বর x (১০), শরুক টু

খাও চপ্পা অমসুং হুরানবা খুৎপু কয়া মতদা তিনবা য়াই। পুক্নিং অহু কুইম উৎপা অমসুং মুংভাইবা খোদোক্লম চংশিল্লবদি মখোয়না মহু তৌনবগী তাঞ্জা পী। পুক্নিং লাকশিন্না মরাল লৈতনা চৎচবা মীওইনা কুইম য়েংবা য়ানবা চিংনবা হুরানবা কাঙবুদা য়েংশিনগনি। ফীবম ফৎলক্লবদি মখোইবু ফারগা মথক্কী ওফিসারশিংদা লাপ্পনগনি। মখোইনা মরাস অহু তৌত্রি-ফাউবা মখোংদা পুক্নিং চিংশিনগনি। মীয়াম মমাংদা হুরানবা পুখোকপা ভয়বদি অখন্নবা মনা অমা ফংবদা নত্তনা ডিপার্টমেন্টকী মিংচৎসু হেনগৎহাল।

হুরানবা ফাবা ভম্বসি লাইরিক পারগা নত্রগা মতম খরদং থবক তৌরগা ফবা জ্ঞান্না নত্তে। মথক্তা Training (তমথবা) তৌবা থবকনি। তম্বসি ভমথৈ লৈতে। মুংতিগী খোকপা খৌ-দোক্লগী ওমাশন্দুনা থবকসিগা জ্ঞান হাপচিনগনি। হুরানবশিংনা উৎপকপা মও অহু যেঙনা হান্নগা জ্ঞান অহু শেমদোক্লনা ফাবগা জ্ঞন হেনগৎহনবনি। কান্নবা লৈতবগ মহু লৌখোক্লনি

ফাবগী থবক তৌবা কালদা পোলিসনা খঙগদবা অমা লৈরি। চিংনহুনা ফাবা মীওইশিংদা কিহন্দুনা, নমহুনা অমসুং তমখাবা উত্তুনা পাও তৌবা চুমদে। লমজিং লাইরিক্তা মসি মরাল অমনি হায়রি অমসুং হুরান চিন্থিগী কোর্টতা মরাল অসি লৈ হায়না প্রমান তৌত্রবদি অচৌবা মরাল ওইরক্কনি। য়েৎনিংঙাই ওইবা থবক তৌরুবগী অরাবা তাবক্লদবদা নত্তনা কিবদগী মানা চুনদনা মরাল য়াবহুনা পোলিস অদুবু খোদোক অহ ফাবা ভবলে হায়বা পোকহলি। অসুম তৌনরিভৈদা অশেবা হুরানবা অহ খুদোংচাবা লৌহনা মাবু মতমচানা ফাহন্দবা য়াহ, অমসুং ফানবা হেৎনবা খিবিক মাংহনবা য়াই।

---

| | | | |
|---|---|---|---|
| কেস নম্বর | VIII | (৮) | শরুক II |
| ,, ,, | III | (৩) | ,, |

(৮)

## হুরান চীঙ্থি ফাবগী থবক (চথরকপা)

মখোইগী থবক ফজনা তৌনবা পোলিসকী মীইওনা আইন খরা হৈফম থোকই। আইনগী জ্ঞান য়াউদ্রবদি থবক পাংথোকপা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং আইনশিং অত চুম্না লৈবদনা হুরানবা ফাবা ঙমলোই। হৈননবা কনাগুম্বনা জগৎকী ওইবা জ্ঞান মতিকচানা লৈগনি। উনরিবা মীহুগী লমচৎ লেপ্পা ঙম্বগী শক্তি চংই। ম'শক তোঙান তোঙানবগী থোইদোকপা মওং মতৌঙ্ নৈনগনি। অসিগী মথক্তা তোঙানবা মীওইগী মচৎ. ফিজেৎ খঙবা অমসুং চেকশিন্না তম্বা কৈ!

মী যাম্না তিনবা কুম্মৈগী মরমদা খঙগদবদি করম্বা মতম অমসুং মফম কদাইদা, করম্বা মীওই অমসুং কদাইদগ লাকপা হায়ংসু খঙফম থোকই। অসুম্না মী তিনবদা থরদা মরাল থরনা তৌবগে হায়বত পোলিসনা হান্না খঙফম থোকই। খুদম ওইনা মী তিনবা কুমৈদা লাই খুরুম্বা মীওইনা লাইমাংদা কর্পূর থাবা মতমদা লাই খুরুমই অমসুং মশাবু কাউথোকই। মীয়াম তিনবদা হুরানবশিংনা রুপীগী মরীক ককপা অমসুং লাই খুরুম্বা মীওইগী শেঙ্গাও ল'কপা খুদোংচাবা যংই। মীয়াম্না ঈশিংদা ইরুরি-ভৈদা, হুরানবশিংনা মপু অমসুং কনসু খওহন্দনা, চিংনহন্দনা ময়োম পুথিবা য়াই।

থুংলগদবা train গাড়ী ভায়রিভৈদা ভাইফমকাদা তুম্বদা হুরানবশিংনা লংকৈ চৎপগী উপুশিং হুবা য়াই। অসিগুম্বা খুদম য়াম্না পনবা য়াত। খুদমশিং অসিদগী তমগদবদি পোলি-সনা মখোইনা হেক ঙখমথৈ মী অমসুং লৈবাকী পোৎলম খঙগদবনি। ১ জ্ঞন অসিগী পন্থুং অমসুং মত ৎানাশিন্নবগী মতম

১, কেশ নম্বর XII, শরুক (II) য়েংউ।

অকক্লবা লৈতে। হুরানবা ফানবা মখোইনা করিগুম্বা মতমদা বিষয় অমা তানশিনবগু শীঞ্জিন্নবা য়াই। জ্ঞান অসি হুজিক হুজিক্কী ওইনবা হোংলক্লিবগা চানহনবা কৈ। খুদম ওইনা করি-গুম্বা, কুমৈ নম্ব্রগা থকপা চাবগী থবক তৌগদবগু মুমিৎ হোংল-বদি মতম চানা খঙগনি। পোলিসকি জ্ঞান শদোক্কদবগী মখল মথেলগী বিষয় অসু হন্থনিঙাই ওহদে।

পুর্ক্রি ইংজনগদবা অমনা পোলিসকি থবক অমম্মুং নীতি অসু Police Gazette দা চয়েলগী ওইনা ফোঙই। গেজেট অসিদা হুরানবা ফজনা ফানবা চেবশিনগদবা অমম্মুং মচু শেয়-রগা কায়গদবা পুম্বা নৈনৈ। করিগুম্বা হাপচিববা আইনসু ফোঙই। Police Station দা লৈবা House Officer নম্ব্রগা তাকলিব হজনা মচুগা চেফোংদা খঙদবা থোকপা অসু ব্যাখা তৌবিগনি।

(৯)

হুরান চীম্বি ফাবা — (চথরকপা)

হুরানবা ফাবসি মতম খঞ্জক্কদা তম্বা ঙমলোই। অচুম্বা লংঙিন ফংদুনা দরা হোৎনরবসু যাবগী থবক অসু লোইরমদাইদা মইহে য়ান্দবা য়াদ অহনা পাউরো অমবু চুমহনলি, "There is many a slip between the cup and the lip." (পাত্রগা চীনগগা মরক্তা নাস্তোকখিবা য়ম্না লৈ)। পোলিসনা হুরানবা কাগে তৌবদা মখোইগী মরাল অদু নাস্তোকবা কম্না হোৎনগল্লি। ফাবা হৈবগী জ্ঞান অমম্মুং হুরানবগী অশিংবা অনী তাম্নবনা হুরানবশিংগী শাবগী থোদোক ওই। ১ হুরানবদগী

---

১. কেশ নম্বর IX, শরুক (II) য়েংউ।
২. কেশ নম্বর II, শরুক (II) য়েংউ।
৩. ,, ,, XVI, শরুক (II) য়েংউ।

detect ve না হেন্না শিংবা হেনলবসু ফাবা ভমহৌদবা থোদোক ওইবা য়াই। অসুম্না মায় পাক্কবসি হুয়ানশনা লোৎনবা হোৎনবদা চংবা মতমদগী de'ective না অথুবা পুথোকপদা মতম চংবননি। খুদম ওইনা মী হাৎপা অমনা কাবা নাম্থোক্লবা ঈ তৈবা থাং অদু ফাগদবা কাওবুনা ফ ঙ্গিইঙদা গ হাদা হুনথখিবা য়াই। হুর'ল্লপা মনিমক্তা অদু ফং'ড্রিইঙদা শৌদোকখিবা য়াই। চিঠি অমসু' শাজনবা নোটশিং অদু যাম্না থুনা মৈ থাখিবা যাই, অদুবা ষন অদু ফংড্রিঙৈদা হাৎকমদা হাৎখিবা য়াই।২ ল'লা ফ'নবা অহিং. গুংথিন নাইদনা থবায় যাটনা নোমগনি ৩ অমসুং মতম মাঙহন্দনা লমজেন থোযনবা চংসিনগনি। লমজেন তান্নরিবা মী অমনা লমজেন মথায় য়োনা চেনলগা ভহাক লেপ্পুনা অতপ্পা মী অমবু থোরহনবা যাই। মতৌ অদুগুম্না, ফংগদবা মীগা হুয়ানবা কবা হৈতবা মী অমগা লমজেন তান্নবদা পোলিস অদুনা energy য়াৎপদগী হুয়ানববু থোইহনবা য়াই। অদুনা হুয়ানবা ফাবগী হে'ৎনবদু হৈনাংবা য়াৎপা. চোকথবা অমসু' তপথবনা মাই পাকহনদে।

মতাং অসিদা মরুওইবা হুহাসয়ার অমা তৌহৌবা ফৈ। ফ বগী থবক অদু অতৈগা তানবা অমসুং য়ারী তৌনবগী বিষয় ওইবা চুমদে। মদু মা ভোননা তৌহৌদ্রবদি হুয়ানবনা ফাড্রিভেদা হান্না খঙখিবা য়াই। য়ারী য়ান্না শাদবা অমসুং থবক্তা উৎপনা হেন্না চুমই।

কন্না হোৎনরবসু মায পাক্কবা থরা য় ওই। ফাবসি শেংদোকুবা পোলিসতা মতেং পীবানি। মনা মনিন কাঁরমতা মখোয়না পামদে। অসুম্না খঙহনবা মীওইশিং অসি কান্নরবসু মখোহনা ওইরিবা ফমনা মখোহগী মন্নোই মনাউ অমসুং মনাইশিংদা পাউগীদমক ভাংই। পোলিসনা মদু চৎথবা কান্দা চেকশিন্না শিজিন্নবা চুমই।

অর্নিন্তুবা মখলশীদি হুরানবশিং'না খুঙহনবনি। খুদক্তা মখোই খ্ৰাইদগী হেল্লা খুদো'থীবা অমস্তুং থৌবা ওইহনা পোলিসনা মখোইগা লোইনবদা ডমহৌদে। মখোইমক্তা তৌরুবা মরাল অম্ত নাম্নোক্লবা পোলিসত ডাকপা নত্রগা পোলিসতা শেবান্ননা পুনবা তৌই। তৌইগুম্বস্তু' যাম্না শিংবা পোলিস ওফিসাবনা ক'ডবু অসি পৈশা পীহনা পাউ লৌথোকই। মখোইস্তু য়ৈবা য়াববা কান্দ কনবিদে মখোইগা লোইনবসি খুদো'থীবা কযা লৈববস্তু হুবা-বশিংগা মখোইগা চান্ননা লোইনবনা কান্নবা পাউ কন্না প'বা ঙমই।

অকোনবগী খুঙহনবা পাম্লিবা মখল অসি হুরানবা ফাবসি মশাগীদমক্তা পামই, তৌইগুম্বস্তু পোলিসমেন ওইনা থবক তৌবা ঙমদবা ওহবি। লোইনবদা মবুক শেংই, পুকচেন শেংনা পাউ খোমজনবদা তাংবা যাই, তৌইগুম্বস্তু মবম অয়াম্বদা হৈশিংবা য়ংলি। হুব'নবা যাউবা মীওংগা শম্লবা ফত্রবস্তু অমস্তুং থবক অ'স হৈশিনা চখনবগী training (মহৈ তম্বা) য়াংলবস্তু মখোইগী পাউ অম্ত থাজবা য়াই অমস্তু কৈফম থোকই।

খংহনলিবা ম'ওই অম্ত পৈশা পীনবা ফণ্ড কদাইদগী লক্কদগে হায়বা য়াহ' লাকহ। থবক অসিগীদমক District খুদংদা চহি খুদিংগী তোঙানবা ফণ্ড অমা থমই অমস্তুং চংগদবা পৈশা মশীং অহ ফজন শীজিন্নরবদি ফংবদা খুদো থীরোহ।

থৌদোকশি অসিদগী অচুম্বা খুঙহনবা মীওহ খনবা [illegible]বাস যাম্না চেকশিনবা চুমহ। থবক অসি পাঙং কখ্রবদি ফাবগী থবক লায়রকই। অশিংবা পোলিসমেন অমনা মাগী লমদা ওংথোক্তবা থবকনি হায়না খনবা চুমদে। অহৈবা ফাবা হৈরবী মতিকচাবা শক্তি অম্ত য়াংলি হায়না খনক্করোই। অমরোমদা মায় পাক্তবগী মরম পুথোকুনা মতুংদা খোক্তনবা অমস্তু থাক য়াংহন্দনবা হোৎনগদবনি।

মথক খোংবা মীওই নত্রগা ওঝাশিনা খোঙথাং খক্তিক্তং শোয়খিবদা ফাবা ওমদবগী মরম ওইত্তমা য়াই। (৪) মহুগুম্বা মরাপ অহু নাম্থোক্নবা পান্থৈস্থু তম্বীবা য়াই।

( ১০ )

## পাউ তাক্লিবা মীওই

পোলিসনা হুরানবা ফাবদা মথন্তুন' তৌগদ্রা নত্রগা খুদোং চ'না অতোম্ববগী মতেং লৌগদ্রা হায়বা রাফম লাকই। ফোর্স তা মী মশিং য়ামদবা অমস্তুং পাংথোক্নদবা থবক য়ামনবনা মপানগী মীওইগী মতেং য়াউদনা মখোইনা থবক তৌবা ঙমলোই। অসিগী মথক্তা পোলিসমেন্না ফনা য়াম্না শিংহুনস্থু অমস্থু প্রজানা পামনহুনস্থু, ফনা কুইনা লৈহনস্থু মফম অহুদা লৈরম্বা মী অহুনা লৈবা মপুংফাবা জ্ঞান অহুদি লৈরোই, মসিনা তাকপদি কান্নবা পাউ পীবা ঙম্বা মওইশিং অহু হুরানবা ফাবদা শীজন্নগনি। খুঙহনবা মীওই হায়হুনা কৌনৈ। চাওরাক্লা মখন অহুমথোক্লা শীজন্নৈ। মখোইনা ওইরিবা কাংলুপ মতুংইন্না পোলিসনা মখোইদা থাজগদবস্থু খোন্নৈ।

অহানবদা পোলিসনা মওং চানা চংজরুনবদি মতেং পাংনবা হোৎনবা মপুকশেংবা অমস্থুং ফিবমফবা সিতিজন লৈ। পোলিস ওফিসারনা মখোইদগী মতেং পায়বদি মহাকাস হুরানবা ফাবা হে অমস্থুং দরকার লৈতনা মখোইদা ফোংদোকতনবগী শক্ত লৈ হায়বা [redacted] খুঙহনগদবনি। আসিগুম্বা মপুক শেংবা সিতিজনশিংনা মখোইগী খুদোংথীবা থোকহনলোই হায়রবদি অওম্বা ওফিসারদা মতেং পাংগনি। লমজিং লাগরিক্তা য়াউরিহুনা পোলিসনা আইনগী কোটতা পাউ কৌফম মচাক অহু ফোংদোকলোইদবা'ন। অসিগুম্বা খুঙহনবা মীওইশিংনা হুরানগীস্থি লৈতনবা, সমাজ

৪। কেস নম্বর IV, শরুক (১) য়েংউ।

লৈবা ক'ন্নগদবা মীওই কয়া খোমজিন্দুনা মায়পাক্লা থবক কয়া পাংথোকই। মতাং অসিদা নীংশিংগদবদি পেনশিল চংলবা পোলিসমেন লৈরবদি থবক অসিগীদমক্তা নীংথিজনা শীজিন্নবা চুমই।

অরোইবদা খুলশিং অহ পোলিসনা চংপদা পাউ পীবদা ক'ন্নগদবা মীওই অহু তিন্নগনি,. Station House officer দা খঙহন্দুনা তাপ্পা চাবা কালদা মখোইবু শিজিন্নবা চুমই। মখোইগা লোইনবত্ত শেংন খঙহন্দনা থমহনা নমথগদৌবা ফুরান-চীন্থি তৌবা মীওইবু শাউহন্দনবা চেকশিনগনি।

খঙহনলিবা মীওইবু পামনদবস্তু লোন্না থমহনা পোলিসমেন্না হস্থহনগনি। খঙহনবা মীওইগী মতেংনা ফুরানবা ফাবগী মওং অসি পাউ অমদা "ফুরানবা অমা ফাগে হায়রবদি ফুরানবা অমা থাজিল্লু।" —য়াউবা রাখলদগী লোথোকপনি (১)

## (১১) মীয়ামগী শান্তি থুগাইবা

পোলিসমেন অসি ফুরানবা ফাবগী থবক্তা নগুনা লৈবাক লাংবা থিংবদস্তু য়াম্না শিজন্নে। লৈবাক লাংবা নমথবগী থবক্তা ফুরানবা ফাবগা খেন্নে। মমা'গীনা লোশিং য়াম্না চংই অমস্তুং অকোনবগীনা থোনা চংই। ফুরানবা ফাবগী থবক অসি থোনা কনা চথবা তারবস্তু detective ( ফাবগী থবক ) অহনা মানা তৌগদৌরিবা খোঙথাশিংগী কল ফজনা খন্দবা য়াদে। তৌই-গুম্বস্তুং শান্তি থুগাইহনা ঘটনা থোক্লবদি মহু নমথনবা মীহনা থবক অহু থুংলা খন্দবা য়াদে। তপ্পা চাব খোঙথাং অমা হেক্তা লোগনি হায়বা নত্তে। লোগদৌরিবা খবক্তি রারেপ অহু থুজনবা তারবস্তু ফজনা খললবা খোঙথাংগুম্না মরাল লৈরোই-দবনি অমস্তুং মথক থোংবগী খন্থরবা অমস্তুং অতপ্পা মত অহুগা মান্নবা খল থমগনি। লৈবাক লাংবা নমথনবা হাপলিবা অফিসার অমগী অরুবা মকম অসি খন্থবা তাই। খোঙথাং

অদু ফজনা লৌখৎহৌদ্রবদি মশাগী ফিবম হুম্বনবা নত্রগা মথক থোংবা ওফিসারদগী থবক মতিক চাদবগী বদনাম লাকহনলি। অমরোমদা, মানা লৌখৎপা থবক অদু থুমনলবদি থাক হেনাজিন্না তৌই হায়বা মরাল শীন্নকপা য়াই। মীয়াম তিনবদা করম্বা মতমদা নোংমৈ শীজিন্নগদগে হায়বদু খন্ননিঙাই ওই। নোংমৈ কাপ্লদু লোইরগা, প্রজা; ডিপার্টমেন্তগী মথক থোংবা ওফিসার অমসু নোংমৈনা শোকপা কাঙবুনা য়াংদা নত্তনা চংদবা য়াদত্তনা কাপত্রিবনি হায়বসি লেপকনি। Police officer গী মথক্তা ময়াম্না আন্দোলন হৌরবদি কোর্টতা Criminal Case নত্রগা Legislative Council দা য়াহ নচিংবা থোকললকপা য়াই। (১)

ওফিসারনা লৈবাক লাংবা অদু নমথনবা পোলিস শীজন্নরদি হুকুমপুম্বা থোনা ফনা অমসুং চৌংনদন ইনগনি; মদুদা লক্ক-দবা অরাবা অদু য়েংশিনলোইদবনি। মদু তৌদ্রবদি পোলিস অমসুং ওফিসার অদু খুদোংথীবা নংবা য়াই। অরাবা নংত্রংসু ডিপার্টমেন্তগী মিংচং অতগা ওফিসারগা অনামক শোকমিন্নবা য়াই। অসিগী মথক্তা হুকুম ইন্দবা নত্রগা পাঙদত্নুনা থওইদবদু বিচার তৌবা নত্রগা দণ্ড পীবা য়াই।

অচৌবগী হুকুম হনবদা ইমুংগী মীদা তৌকম থোকপা থবক কারব্রা হায়না মতাং অসিদা খন্নবা য়াই। অসুন্না ইমুং অরাবা তাহনবা চুমদে হায়বা Department অসিনা ফজনা খঙই। মরম অসিনা অসিগুম্বা ফিবমদা সরক রনা ইমুংগা মাগীদমক পানবা থৌরম লৈ। থৌদোক অসিগী প্রমান ওইনা Department গী। ঠবক তৌবদা শিথিবশিংগী ইমুংদা family pension পী মদু Police Gazette দা য়াউই। থরায় মাঙবা কিদনা লানহৌবা নমথবদুগীদমক থোকদা মণিপাবা মনা অকসুং মিডল পী। অতুনা ওফিসার অমসু পোলিসনা লানহৌবা ঈরাং

১ কেশ নম্বর XVIII; শরুক (II)

নমথবদা চেংনা অমসুং পৌনা করবদি মশাগী মিংচত্তা নত্তনা ডিপার্টমেন্টগী মিংচং হেনগৎহলি। অমরোমদা মখোয়না মশাগী ওইজবা থীবা অমসুং মশাগী শোক্কনবা পুকচেন পিরবদি ডিপার্টমেন্টগী মিংচং হুম্হত্তনা দণ্ডি পীবা য়াই।

তৌইগুম্বসুং মীয়ামচিনবদা নোংমৈ কাপ্পা তারবদি মফমতুদা লৈবা খুৎইদগী চাপবা ওফিসারগী অকক্কবা হুকুম য়াওদনা তৌরোইদবনি। (মথাদা রুল পীরি।)

## (১২) হান্না মরাল লৈরম্বা মীওইবু করম্না চৎকনি?

জেলদগী থাদোরকপা মরাল লৈবা মীওইবু প্রজানা থাজত্রবদি মখোইগী অরানবা অচ্চ মথন্তনা চুমথোক্কে। জেলদা ফাজিন্দুনা থম্বা মীওই অতু হান্নদা মতিক চানা তাথ্রবনিনা থাথোকপা কান্দা করিমতা অথিংবা লৈত্রে হায়না খনগনি। ময়ামগী মমাংদা মাবু হুম্হনবসি মরাল অতুগীদমক মাবু হন্না হন্না দণ্ডি পীবগী মওং লাকই। দণ্ডি পীবগী নিয়মদি মী অমনা মরাল অমগীদমক অমুক্কমক রাফম থোকই। হান্না মরাল লৈরম্বা মী অদুবু ময়াম শিন্নবা মতমদা হম্বনা য়েংলবদি মরাল অতুগীদমক তোয়না তোয়না দণ্ডি পীবগী moral effect (নীতি দল) পীরকই।

মী অমা মরাল অমগীদমক দণ্ডি পীরবদি মপুকচেল শেংদ্রে অমসুং মপুন্সিচুপ্পা শেংলরোই হায়নং খনবা চুমদে। মপুকচেল শেংবা মীহসু করিগুম্বদা মরাল লৈরকপা থোকল্লি। পুকচেন শেংনা মাগী অপঙবতু অনুতাপ তৌরকপা য়াই। অমুম্না অমুক থোক্কনবা পুকচেল লেপখিবা তাই। থৌজাল হৈনা অমসুং খম্বীবা লমংৎ তৌবীবনা মখোইনা লমচৎ চুমথোক্লবগী মরম ওইরকই। (১) অমরোমদা ময়ামনা থওইত্রবদি মবুকচেল শেংলুবগী করবা লৈতেং জগৎনা থাজবিদ্রে হায়হনা মরাল চাউবা থবক চথরকপা য়াই। মখোইদা খীনা তৌহনা শাউহনপ্রবদি ঐখোয়সু হাকথেংনদবা মওংদা মরাল তৌহন্দকপা য়াই। মখোইদা ঐখোইনা

ওম্বা শক্তিনা থিংহৌনবা হোৎনফম থোকই।

সভ্যতা চাওথৎ-কপনা হান্না মরাল লৈখিবা মীগী সমসা অতু নৈনবদা অচৌব। সহরদা কম্না পুক্লিং থিংজনললে। মীওংশি লৈবা, ওফিসারশিংনা খুৎশন্ননা নোমিন্নতুনা হান্না মরাল লৈখিবা মীওই অতুগী ফগৎনবা অমসুং পুকচেল শেনা লৈনবা তুকান অমসুং Industrial centre লিংখৎশ্রে। থবক অসিদা সরকারগী ফজবা সহযোগ ফংলি

অচৌবা লয়নানা লাকহৎলবা মী অমতসু মাগী মকুপ মপাংশিংদগী ককথগুনা মথস্তা লৈহনদে। অমরোমদা মহাক অসি ময়ামগী মুংশিনফম অমসুং অনাবা অতু তাম্বোকখিনবা ময়ামগী মতেং ফংই। মীয়েং অমসুং মুংশিবীবা অমসু ময়ামদগী লাকই। অতুনা অরাবা থবক্তা পুক্লি চংলম্বতু লায়নাতুগী মহিক চংবনি অমসুং মতুগী হীদাক ফংফম থোকই। সমাজ অসিদগী মতিক চাদবা অমনি হায়না তাংোকলবনি। লায়না হায়বসি হকচাং শোকহনল Crime ( মরাল লৌজবা ) না পুক্লিংগী শে কহনবা পীয়ি। অনীমক ফজনা যহন্ননা হীদাক লৈ।

পোলিসমেন অয়াম্বা হান্না মরাল লৈরম্বা মীওইশিংদা করম্না চৎকদগে খওদে; মগুন রাৎলি। চপচানা মরাল লৈরবা কাওবুনা 'Convicted criminal ( মরাল লৈরবা মীহাৎপা ) গা খেন্নবা খংদবা অমসুং বন্দীবু জেলদা হন্না থম্নবা মবু তমথীনা অমসুং ব্যাবহার য়াউদনা তৌবনা পুক্লিংনা অনাবা কয়া মখোয়দা ফাওহললি। মসি অচৌবা দোষনি। Accused ( মরাল লৈরবা মী ) অতুগী মায়য়োক্তা চৎনারবা কেশ অতু থিররগা লাল্লম্বা য়াই, নত্রগা শাক্ষী রাংপদগী থাদোকপা য়াই। মতোন্দা মথল কয়াগী ব্যাবহার ফজদবা উৎলবদি মকম পুম্বদগী পোলিসকি মস্তা মানা রাকৎলকনি। থাদোকপা ফাউবদা বিচারগী অরাবা কয়া মতোন্দা ফংহনপ্রবনা মহাক্তা ময়ামগী মুংশিবা

(১) কেশ নম্বর ১, পার্ট II দা য়েংউ।

ফংগ্রগনি অমসুং পোলিসপু য়েংথীহনবা ঙম-গনি। অহুনা পোলিসমেন্না নিয়ম চুমদবা চংপসিনা পোলিসকী মি চং হুম্বহনলি।

হন্না মরাল লৈরবা মীবু তুক্কচনা য়েংবা অসি পোলিসনা ঙাংনবা অমসুং মায়াম়দা খুঙহনবদা তৌগনলি অসিগুম্বা লমচংসিগী অফবা লৈজ্রবসু ফত্তবা ফল কয়া থোকহনলি। হন্না মরাল লৈরবা মী অমসু মীয়াম্না পোলিসবু নক্রগা। Force অপুম্বব অতৈদা মীনুংশি লৈবা, থম্মোহ কনবা অংসু অতৈ লাংবক শীবদা মিহৌনা য়েংবা মপুল ওইনা লেংই। কান্নগা পীদবা তৌইগুম্বসু যাম্না মাঙতাক্লবগী Scope লৈবগা লমচত্তা কবম্না চংকদৌ বংলে?

পোলিসনা খুনগী Beat তা চংপা কললবা হন্না মরাল লৈরবাশংগী মরমদা খিজনবা অমসু, মখোযগী মরমদা য়াম্না খুঙজিনবা যাই। খিজনবা অমসুং মখোইশী মরমদা যাম্না খুঙহনবা যাই। খিজনব মতমদা মখোই অত্ত থবক ফলবরা নক্রগা পৈশা মতিক ঙংনা তন্নবা য়েংগনি। পোলিসনা মখোইগা হাংদুনা রারা শগনি, মখোইগা ফগংনবা থংায যাউগনি, পুকচেন শেংনা লৈনবদা মতে পীগনি হায়না উংকনি। পোলিসনা মখোইদা ছরানচৌষ্ঠিগী থবক তৌদনবা ঈনোং হাপকংগনি। মখোইদা অকনবা রাহংশিং—ঙবাং শুমদাং নংকদাইদা লৈকই? খুল অংগী ছুরানবা ডাকাটিগী Case তা নং য ওই হায়বা ঐ তাই চেকশিল্লু নক্রবদি নরালগীদমক নং জেলদা খমগনি' অসিনচিংবা কান্নদবা রা হায়রোইদবনি। দিপার্টমেন্টগী মিংচং অত্থু অসিগুম্বা রাঙাঙনা ফহলোই। হন্না মরাল লৈবা ex-convict ) অত্থু মুংশি হৈবা মীনি; মরাইবুক থীবদগী ছরানবা থবক তৌবিদনি হায়বসি থনগনি, মুংশিবিহনা মখোইগী ফনদা তৌবিগনি অমসুং লোয়শঙ অসিদা মীয়ামগী অফবা মিংয়েং অহংশনগনি। অমুম্না মায় পাকক্কনি।

## (১৩) ফোর্স অসিগী অপাম্বা

লোয়শঙ অসি ময়ামা প'ন্নকম থোকপা অতক হাক্লা ওইদে হায়বা ময়াম্না খঙনরে। হৌখ্রবা রেঙ্ককী মীওইদনা পামনদবা অমুক হেনলি। মসি চুমত্রা হায়বত্থু য়েংশিঃ —

অওইবমক পোলিসমেন খরনা লমচৎ ফত্তবা চত্তুনা মসিগুম্বা ফিবম থোকহনলি। প্রজানা অফবা অমসু ফত্তবা পোলিসমেন অনী খেন্নবগী অরাবা লৌদে। মখোযগী মত্তা Police force পুম্নমক্না পোলিসমেন খরগী ফত্তবা মচৎ থোকহনবগী দায়নি। মী অমতনা ফজনা লমচং চৎলগা ফরিসু ওইদে। অতৈ পোলিস'শংসু ফজনা চংলি হায়রবদি ফোর্স পুম্বদা লৌরিবা ভাব অতু মাঙখি। ফের্শতা হান্না পাম্নবমদবসু খরদি ফারক্লে। মসিদা পেন্দুনা লৈফম থোক্লে। মযাম্না পোলিসনা পক্লম্বা ফত্তবা রাখল অতু কোক্লবা ভম্বমইখ হোৎনফম থোকই।

চহি অসুক কুইরবদা পোলিস ফোর্সতা ফত্তবা রাখল থম্নম্বতু পোলিস অমগী ফজবা মচৎনা কোকহনবা ভমগত্রা? London Police Force অসি খঃ ১৮২৯ দা organise তৌখি। শম্নবা মতুং কায়নখং কাউবা ফোর্শ অসিনা প্রজাগী থাজবা পুরকপা ভমদে। ফোর্শ অসি পামদবা মীওইনা পুন্দুনা শেম্বা ওইনা লৌনখি, তৌগুম্বসুং মতম খরগী মতুংদগী মেম্বরশিংনা লমচৎ অমসুং থবক ফজনা উৎপদগী প্রজাগী অপাম্বা পুরকখি। হৌজিক পৃথিবীগা মফম পুম্বদা লৈবা Police force শিংগী মনু দা Metropolitan Police Force না মরম পুম্বদা খুইদগ পাম্নবা ওইখি। London Police না ফংখিবা মিংচৎ অহু পোলিস অমনত্থু তম্বদা পুক্লিং চংলবা অমসুং থবক চথবদা নিয়ম অতু ইননবাদি ভমকম থোকই।

পোলিসতা প্রজানা পামদবগী মরম থীজিনসি। মরম ময়ামগী মথংদা অমদি পোলিসনা মখোয়সি ময়ামগা থুবোংগাবা

থুদোংচাবা অহু সেবা তৌনবনি হায়বসি কাওহনা ময়ামগী মপুনি হায়না থওদোক্লে। ময় ম্না পান্নদবদগী খ্বাইদগী চাউববা হৌ-ফমনি। মী অমনা পোলিসতা অথন্নবা মা নত্রগা সড়ক অমগী লৈফম হংলবদি পোলিসনা ওম্বমখৈ মতেং পাংগনি অমসুং Civil answer (দৌব়ানীগী পাওখম) পীগনি। ব্যাবহার ব্লাং-পা নত্রগা অথিগা ব্লাভাং থাদোক্কনি। মীযাম নত্রগা চৎনবা লম্বী অহু চাং নাইহনবদা অথীবা নত্রগা অকাম্বা ব্লা ভাংফরোই। পোলিসতা শিন্নবা নত্রগা চেকশিন্নবা মীওইগা অরেম্বদা ব্লারী শাবা চুমদে। দবকার লৈবা ব্লাদা ভাণ্ডগানি, মহুসু য়াবমখৈ লানদবা ওইগদবনি।

কান্নদবা ব্লাভাং নত্রনা অকাযবা অমসুং হুরানবগী থবক তৌহনা ফোংশকি মিংচৎ পোলিসনা হুম্বহল্লি। পৈশা পীজগে হায়বদা মথৌ তৌদবা নত্রগা মথৌ ইরৈ লৈতনা যাউশনবা ফংই। মচৎ শোযববা Constable পাঁদমক্তা খ্বাইদগী চুম্বদি the Towns Nuisances Act' চৎপনি। অথন্নবা Act অসিগী মতু ইন্না পোলিস অমনা মরাল অমা হেক্তা থিংগনি, লাংবা যাদনবা অমসুং মরাল লেববু মরাল পীবসি কান্নবা থবক নত্তে। লোয়শঙ অসবু পামহন্দনবা থবক্তা মরমনি। শেন চাবা অসি য়ামত্রবসু পোলিসকী ফম অমবু মফম মাঙহনবদা নত্তনা বিচার শঙদা পুখৎপা মবাল ফে ডদোকপা শোয়ত্রবানি।

করিগুম্বদা মা অতৈনা নওবু চুমদবা কেসতা মথৌ পাংহনবা য়াওবকই। কোর্টতা অসুম তৌবনা পোলিসকি মগুন হুম্বরক্কই। পোলিস না ওইদবা ভাডই হায়বসি প্রজাদা পোকহনলি। মীনম্বা হাপচিনগা কেশকি মপাঙ্গল কনথৎলি হাযবা লানলি। মশানা লেংজবা অচুম্বনা মশাগী মপাঙ্গল লৈ। করিগুম্বা অচুম্বা খজিক্কং ভাও লুহুনা কেশ থবা থাদোকত্রবদি, অমাঙবা অহু ফোর্শকি মগুন হেনগৎহনবনা হংগ্নলি।

পোলিস ফোর্শকি পান্নদবগী মরম অমা লৈরি। মমিংচৎপা অমসুং খুদোংথীবা হুরানবনা মরাল তৌবগী ফাবগী খুদোংথীবদু পৌবগী মতম্তা কবিগুম্বদা পোলিসমেনশিংনা মখোইব Booking (লাইবিক্তা চনবিনবা) তৌনবা অশেংবা নত্তনা Case খবদা নত্রগা শে দগা সাক্ষীগী মতে না চনশিন্নবা হেৎনৈ। হৌজিক্তি অসিগুম্বা থোদোক্তি য়ামদে। তোমনা তৌদ্রবগু মসুন্না হোৎনবনা পোলিসকি ফজবা মমিং অসি মডহল্লি।

পোলিসমেন খংনা মখোইগী ওলাকা মনুদা লাকপা তাবতুগী অমা নত্রগ। অমদা য়ওশনন যাউতৌদবা নাকপাক্তুগী অশাউবা পে কহনলি। অদুনা থক যবা তৌনা মখোইগী মতিক ময়ায় অমসু কুশিবা মাওহনলা। ফোং অসিদা পামদবা দল য়াম্না থোকহনলি।

## (১৪) করম্না ময়ামদা পামহনগনি?

পোলিসক পান্নদবা মচাক কয়া নৈনখবে। হৌজক ফোর্শ অসিনা ময়ামদা পামহন। করি তোগদগে খন্নসি।

পোলিস অসি প্রজা অসি খুদোংচাব অদু সেবা তৌনবা হাপ্পনি। পোলিসক হুকুম প্রজানা ইন্নবা হাপ্নি হাযবা চুমদবা য়াথন থাদোকনি অমসুং মহাক ফম অচৌবা পায হাযবা লেপ্পমক থাদোক্তনি।

পোলিসনা লৌখৎপা যাবা case (Cognizable case) অমসু মখোইনা অর্থারিটি লৈতবা কেস অনী খেন্নবগী য়াতনা লোযদে। মখোইনা মদু থওইদবনা Non-Cognizable ওইবা কেস অদু মখোইগী মথুত্তা যৌরগা থুনা লোকশিনা না য়াত খন্দুনা লৌশিন্নুবা য়াই। করিগুম্বা মতমদা পাউ তাক্লুবা মীদুদা পোলিস ওফিসারনা চৈ। য়াকংলিবদু খাডবা কনবগা লোয়ননা তাবা অমসুং মু শিবিবগা লোইননা পাউতাক পাহনা চৎকদবা মকম অদু তাকপিরবদি পোলিস অসি পান্নবা হেনগৎকনি।

* Cognisable case তমু অচম্বা কেস অতুনা অরাবা মীদুদা হেন্না চাওথোকহনবা য়াই। খল কায়না interest লৈরকপসি কেসঅতু মশাগী নক্লবা নত্রগা চপচানা মমন ওনবা হৈতংগী experience (খেংনবা জ্ঞান) না ওইরম্বা য়াই। কেশ অতু পিকমকল হায়না খঙহনবগী মতুম্তা ফের্শপু পামহনন্নিংলিবা ওধসংব অতুনা ব্রাবংলিবা মী অতুদা মানা থরায় য়াউবগী মবম খঙহনগদবনি। কেস অতু পিক্লবসু চ উব্লবসু থরায় চপচানা য়াউদুনা মখো ভৌবগা য়ানদবা নত্তে।

পোলিস ওফিসারনা মখোংগা নক্লনা লৈরবদি খোদেক অতু পিকলবসু তাবসিন্দুনা অক্লাবা তৌরিবা ফমদ চংহন্নিংই; খুদক্তা অরাবা কেকথোকপা য়াই খনবদগীনি। তমলিবা অরাবা অতু খুদক্তা পুক্রি থিজনবা দরকার ওইদবা য়াই অতুম ওইনমক ফোর্শ অতু পাম্নহনবগী অচৌবা মচক ওইগনি। মতেং পাংলিবা পোলিস ফোর্শনা রাকং অতুদা পুক্রিং থিজনলবদি প্রজা পেন্দহনগনি। খবক অহনা পোলিসকি পুক্রিং চিংসনবা দরকার ওইবাননা খন্নবা অতু ঁয়েথোকপগী বান্নদে। মরী লৈনবা প্রজা না থুজনবা খবক পামলে।

করিগুম্বদা পোলিস ওফিসারনা পৈশা অমসুং মফম চাউবা মীগী রাকংনা হন্নবগী রাকত্তগী হেন্না লুনা তৌই। অসিগুম্বা লমচং অসিনা ফোর্শবু পামহনদনবগী মরম ওইহল্লি। অহুন্না খেন্নবা অসি ওফিসারগী অফবা ওইদে। অচৌ পিশক থায়দনা রাকং চপচানা পৌই হায়রবদি ফোর্শ অসি মমানদা পামহনবদা মনা মতে পাই।

---

* Cognisable case নত্রগা ওফেনস হায়বসি পোলিস ওফিসার অমনা চংনরিবা আইন নত্রগা C R P C গী অনিগুবা সোয়্দা য়উরবগা মতুংইন্না রারম্ত য়াউদনা ফাবা য়াবনি। ওফিসার অতু Presidency town গী মতুংদা নত্রগা মপান্দা ওইগদবনি।

খিজিনলিবা ওফিসারনা মানা Examine তৌরিবা মী অদু কৌবা চৎনৈ কৌরবা মীওই অদুনা মাগী লৈকম খাবা পামদবা নত্রগা খুদোং চাদবদগী লাক্কুবা য়াউই। মফম অদু পোলিস ওফসারনা চৎকম থোকই। লাকউ য়াদবদু ওফিসারনা ঈকাইবনি খনলোইদবনি। অমরোমদা মশাগী ময়মদা চত্তুনা চপচানা খিজিনবনা মরু ওইবা কয়া শেংদোকপদা কান্নগনি। প্রজা অমসুং পোলিস অদু নকহনবা অমসুং অমনা অমবু খুওহনবা পুরকপদা মতেং পাই। খোদোক থোককমদা তোয়না চৎপনা প্রজাবু অশেংবা মওংদা পুরকই অমসুং চুম্না খুওদুনা মীয়াম্না পোলিসপু পামনৈ।

মগী এলাকাদা লৈবা মী পুম্বগী থবক পুম্বা য়ারিমখে Police officer না খুওজিনগনি অমসুং মখোইগা উনবা মতমদা থবক পুম্বা খুওহন্দুনা নৌথোকহনবা ফৈ। মখোইগী অফবদা মানা থরায় য়াউই হায়বা অদু খিজনবসিনা থাজহনগনি। মওং কয়ামুক্তি পাউ ফংবদা নত্তুনা প্রজাদা পোলিসপু পামহন্নবগা মরম ওই। প্রজা ময়ামগা নক্না চৎমিন্নবা অসি পোলিস ওফিসারগী চংদবা য়াত্রবা qualification ( গুন ) নি।

লোইসনলকপা ওইনা, পোলিস ওফিসারনা ফোর্শ অদু পামহনলবদি প্রজাদা মশা আস নোল্লুকনা, মীমুংশি লৈবা; মীচং মীথাই নায়দবা, শক্তিদা চোকথদবা মীবু ব্যাবহার তৌবা অমসুং ময়াম লোয়নবগী হৈশিংবা অদু রাস্তে হায়বা খুওহনফম থোকই।

## (১৫) লৈবাক অমদা পোলিস্ ফোর্সনা কান্নবা

মথকি অধ্যায়শি দা নৈনখিবা হুরমশিং অদু থবক্তা ওংপ্লো-ত্তুনা ফোর্শ অসি প্রজানা থাজবা অমসু পামহনবা পুরকপা ফৈ। ফোর্শ অসিনা লৈবাক্তা করি কায়ে? Police officer অসি মপাঙ্গল কনলবদি সরকারগী machinery ( খুৎলাই ময়াম ) অসি ফজনা চেম্বগনি। রায়েনগওদা চুম্না অমসুং মংক

শেনা বিচার তৌবা য়াগনি। ফরার্সচীগী মরাল লৈবা মীয়ু র য়েনশঙদা পুরকনি অমসুং মরাল লৈরবা কাললা বন্দীশঙদা থমজিনগনি। লম্ভুম অমসুং সরকারগী থমলিবা পুম্বা ফজনা ঙাকশেনগনি। মীপুম্বা মথৌ চাংনায়না তৌগনি, মখোইগী মশা অমসু মরল মথুম অহু পোলিসনা চেকশিনবিগনি হায়না থনলি। যাত্রিক ময়াম তিনবা অচৌবা কুৎম্নদা মখোয়না ঙাকশেনগনি। গবর্নর অমসুং অচৌ অশাং অমসুং মন্ত্রীনচিংবগী লমচৎপদা পুদোংথীবা থোক্কনবা ঙাকশেনলি। পোৎ ছুখিবা, মাঙখিবা অমসুং মীয়ামা মাঙখিবা অঙাং অহু মখোইদা হক্তিনবিগনি হায়রবা মীনা থাজবা ফাউই। পোলিস থজবনা অহিংদা লুংঙাইনা ভুম্বা ঙমঈ পোলিসনা অহিংদা মৎনাশিনা য়ুম অমসুং লম্ভুম পুম্বা ঙকশেনগনি হায়বা থাজৈ।

Army ( লান্মী ) Police force ( থানা ) গা খেন্নবা য়েংলি। লান্মীদি লানগী মতমদা থবক তৌই। অইংবা মতমদসু সরকারগী থবক্তা ফজনা চথহনবদি Police Force নি। লাণ্মীনা মতম নায়না অতুগা পোলিস ফেকর্শনা লেংদনা থবক তৌই।

থোনা ফবসি সিফাইগী চংদবা য়াত্রবা মগুন অমনি। তৌইগুম্বসুং পোলিস ফোর্শকি মীওইনা থোনাদা নত্তনা লৌশিং অমসুং পাঙথোকপা ঙম্বগী হৈশিংবা মতিকচানা লৈগনি। Police force অসি তথাই অমা লাণ্মীগী ওইবা ফোর্শনি। অতুনা তাকপদি পোলিসমেন অমগী মথন অহু মিলিটরি ফোর্শকী তথাহ অমনি হায়বা নত্তে। লান্মীগী চংগদবা মগুন অহু পোলিসমেনসু তানশিমগনি অমসুং Military training ( লান্মীগী মহৈ তম্বা ) দা চংদবা অতৈ গুনশিংসু হৈজিনবা চুমই। শান্তিগী মতমদা পোলিসনা থবক পাংথোকদবনা হৈশিনা অমসুং চুয়া তৌবা পামই। লান্মীগীদি Emergency থঙ-হৈদনা থোরকপা ) দদা তৌবনিনা মথকথোংবা কমাণ্ডরগী

য়াথং ইনবদনা কলনি। হুকুম তৌবহুগী দায় কমাণ্ডরগী য়াথং ইনহনবনা কলনি। হুকুম তৌবগী দায় কমান্ডরনা পুগনি। অমসুং হুন্নবা কমশিংনা হুকুম ইনগদবনি। পোলিস শক্তিদদি মীথুদিংমক্তা মানা মানা তৌবগী দায়িত্ব লৈ; কোসর্তা মখোইনা ওইবা কমগী বা লৈতে। লান্মীগী লমচন্তগী পোলিসনা থবক অমা তৌবদা হুন্ননা অমসুং মকওইদবা তৌদে।

আইন অমসুং হুকুমগীদমক মতমপুম্বদা সরকারনা তাংজবা লোয়শঙদা য়াউরবদি ভক্তি লৈবা, লৈবাক কজনা ভাকপদা নাপল কাবা অমসুং নশা অমসুং নংনা সেবা তৌরিবা লোয়শঙদা মিংচৎ হেনগংহন্নবা কজনা থবক তৌবা চুমই।

## শরুক অহুম—থুদম উৎপা থোদোকশিং

## ( ১ ) হুরানবা

Theft ( হুরানবা ) কি থোদোক অমনি। সনাগী খ্বাংদা লাকুবা লং ( gold waist string ) অমা মাঙখ্রে। (Sub-Assistant Surgeon গী মচানা শেংপনি। মাঙখিবহু পোলিসতা খঙহনখ্রে। S. H 6 না মকম অহুদা থুদক্তা চংখ্রে অমসুং থিজিনবদগী খঙবদা Jewel ( মনিমুক্তা ) অহু মাংঙলে খঙবা পুঙ অমগী মমুংদা হুরানগনি অমসুং চহি ১০ শুরবা মনাক নকপদা লৈবগা মুপীমচা অমা নক্তনা অঙাং অহুদা চংলমলোই হায়বা কংই। S. H. 6 না মুপীমচাগী ময়ুমমক্তা থিবদা চিংরিবা মুপীমচা অ সনা Jewel অহু মথক্তনা পুথোক্কে খনলে। মানা মহু পুথোকপদা কেস পান্দুংর Second class Magistrate অমনা মাবু মরাল পীরগা থা অমগী বন্দি তৌরে।

Joint Magistrate না appeal তৌরগা মরাল অহু uphold ( চেংশনহনবা ) তৌরে অমসুং মাবু জামিন্দা কাত্রিই মতম জেলদা মুমিৎ মরিনি থম্বহুনা মরাল ওইহনবিরে; মহু থাদোক্লে। রাকংলিবা মীনা থুজনবা অমসুং S. H. 6 না

থুজনবা অমসুং ময়ায় ওইবা শাগৈগী চুপীমচা অমদা তমথীবা দগি পীবসি থৌদোক অসিদা নিংশিংবা য়াবা পোইন্তশিংনি।

থৌদোক অসি খৃঃ ১৯০০ দা থোকখি অমসুং Juvenile offender (অঙাং ওইবা মরাল লৈবা) অমসুং Adult criminal (পুঙকক চাওবশিংগী" মরাল) তৌবগী খেন্নবা, অমসুং মবক মরক্তা তৌবা অমসু লমচৎ ফত্তবা তৌবগা খেন্নবা অহ শৌগংলকপগী মওংদা লৈ। চুপীমচা অসি C. P. C. গী সেক্সন ৫৬২ মতু ইন্না অহ নবা offender নি হায়বদু Police না য়াদে, অমসু Joint Magistrate না ফজরবা য়ারকপা অমা Police তা তৌবিহনা মথোইগী চুমদবা হৈনিবা অহ চুমথোকখি। চুপামচা অসি হুরানবদা শরুক য়াখি। (vide শঃ ১২, ফুট নোট ১)

## (১) শা মন হুরান্নবা

নোংমা অয়ুক পুং ৮ দা মাইল ৭ লাপ্পা মফমদা লৈবা খুলগী মুনসিফত্তকা ইরোই অমা হুখিবা পাউ Police station দা যৌবকখি। S. H. O না থুনমক খুন অহ যৌহনা খুনগী ম ওইগী মতেংদগী খঙখিবা শাহনা খা-নোপোক থ.বা মাইকৈদা চংসিন্নখিবহুদা hoof print (মচিগী মমি তাবা) উখে। S. H. 6 না মাইকৈ অসোমদা মাইল ৮ চংশিনলুরে, তোঙান তোঙানবা মী মঙাদগী খিববা মশক মানবা ইরোই অহ লম্বী অদোমদা মী অনীনা পুখিবা উই তমলে। মহংক্কা অথোংপা লৈবাক্কা শা অহগী খোঙ্গলশিং অমসুং য়াকংলিবা মী অনিহুসু উবে। সুংথিল পুং ৪ অহরাইদা মঙাশুবা খঙহনবা মী অমদগী শা অহ অয়ুক পুং ৮ দা লবুকলোমদা পুখিবগী য়া তারে। পুংখাইগী মতুংদা অরাপ্পদা উমাইবীশিংনা মোংশোংদা মচিন থীনবা উরে। অচিকপা মফমদা -মানা চংশিল্লবা মত্তমদা

মাংখিবা শাহগা মান্নবা ইরোইগী মচীগা মউনগা লৈখোকপা অশিবা মশা ফংলে। মতু উবদগী মহু মউন লোনবা হুবনি হায়বা খঙলে। মকমসিরাইদা চতি খরা লৈবকপনিনা মাইল অনীগী মচুংদা শউনগী থবক তৌবা মকম লৈ হায়বা খঙলে। মউন অদু ফংনবা ওইবা য়াবা মকমদা চৎলে। মানা লেপ্তুনা থিজিনবদগী মাঙখিবা শাগী মউন্দা নত্তুনা মহু যোম্থোক্লম্বা মী অনীতুম্ম ফংলে। পুঙখায় অমা থেংথরম্লবদি মউন অদু lime vat (শুনু মহী য়াম্না থম্বা পাত্র) দা লুপতুনা খাঙবা রোব- মগদবনি। হুরানবশিং অদু মরাল পীত্তুনা থা ১৮ গী অকনবা দণ্ড ফংলে। শউন থম্বা হুপাতুদি হুরানবা পোং ফংবগী মরল কেংকথ্রে। S. H. O গী কন্না থিজনগনবা, পোং ফংনবা চংবা অমসুং পেখাবা নাইদবা অদুনা হুরানবা ফানা ডম'গ (অধায় ৯, ফুট নোট ২) যেঙউ)।

S. H- O অশিবা অমসুং খাঙবা কনবা অদু কেশ পুম্নং Joint Magistrate না য়াম্না থাগৎখি।

## ( III ) মীনাইনা হুরানবা

মন্দলেদা লৈবা, ভারতকি য়ুম অমদা মমল য়াম্বা Jewel খরা হুরানংগী বেশনি। য়াকংলিবা মী অসিনা ময়ুমদা তামিল মচা অমা মীনাই ওইনা থমই। মীনাই অসিনা রুপা ১,০০০ য়োম ওইবা Jewel Box অমা হুরাল্লগা মন্দলেদগী লোন্না চেলখ্রে। ভারংলোমদা তি হোল্লখ্রে অমসুং মদ্রাজ মনাক্কি অপিকপা য়ুম অমা মাগী মরী মতানা লৈবদা থুপ্পুনা লৈরে। মনিমুক্তশিং অদু য়োম্থোকলগা পৈশা ওনবা পামহু। মঙোনদগী মাগী মরিমতাশিংনা মনিমুক্তাশিং অদু ফংলগা পৈশা পোম্না শিজিন্নবা ডমই।

মতম অসিদা পোলিস ওফিসার অমা সহরগী কৈথেলদা চংকপদা রুপী অনীনা পোং লৈবগী মরমদা য়ারী শানবা তখি।

অনীগী মরক্তগী অমনা অতোপ্পদা হায়খি— বর্মাগী হুরানবা অমা ফংহুনা মাবু পৈশা পাংবা ঙম্নবদি মহাক্তসু পৈশা তিং-থোকপা ঙমগনি।" ওফিসাব অহু ফিজোল শেত্তে। করিগুম্বা পোৎ লৈবা শাসিন্দুনা মফমহুদা পনলি তৌইগুম্বসু? মুপী শি' অহুগা রারা শানবা পামহ। মখোইনা পন্নবিবা মুপী অহুগী ম'ম খঙবা ঙমলে অমসু মশক খঙদবা মুপা অমা বর্মাদগী হুবানকপা ম'নমুক্তা য়ম্না পুবক্তুনা মাগী য়ুমদা লাক্লে। খুদক্তা পো'লিস ওফিসাবনা মু াহুন' হযবিবা য়ুমদা চৎলে, মতেং লোংনা থিরুবে অমসু' কন্নবা মমল পাম্বা পোৎ কযা কলে, াচ নববা মীওসু ফাবে। মন্দলেদগী পাউথুম পীবা তারনা াচনবা হেনগৎহনলে অমসু বর্মা পোলিসনা মতাং চানা কেশ অহু লৌখৎলে অমসু' মবাল লৈব কলে। থিবদা ম'ঙখিবা মানমুক্তা মখৈসু কালে।

মনা অহু তাশিনবদগী অকবা কেশ অমা ফংখিবা অমসুং মানা ক.বা পাউদা থবক ফজনা চথবদগী ফাবা ঙমখিবগী খুদম অমনি। পোলিস ওফিসাবহু মনা ফজনা পীখি।

( অধ্যায ৭, ফুট নোট ৪ )

## (৪) মীনাই অমনা হুরানবা

রাকৎলিবা মশিগী য়ুমদা চকথোব' হাপ্প' মীনাই অমনা লুপা ..০০০ গী মমল ওইনা diamond necklace (মুক্তাগী লিক) অমা হুবগী ঘটনানি। ফিবমনা কেস অসিদা মানমুক্তা হুরনবগী চিংনবা অসি চাকথোংবা ম অসি নত্তনা কনাসু লৈত্রে। অসিগী মথক্তা পোৎ অসি মাঙথ্রে হযবা খঙলকল-হুনা হকোন কোম্না উৎহুগা কুইনা লাপ্পদে অহুনা য়ুমদগী মতম অমনা পুথোকপা ঙমখিদে। অদুনা ওইবা যাবদি মহক্তা য়ুম মপুংগী মফম অমদা মহু লোৎশিনলম্বা য়াই। পোলিসতা

পাউ পীরগা য়ুমগী মীনা চিংনরিবা মীতুগী চৎপদা কুপ্না য়েং-শিনগ্রে। মমাংলোমদনা পোলিসতা ফিজেৎ শেত্তবা মীমখৈ থমলে অমসুং য়ুমগী মনিংদসু মহাক চৎথোকপা য়েংনবা মী থম্লে। হুয়ানবা অদু অয়ুক্কা থোকপনি। অমসুং ঙুমিদাংবাইদা য়ুমগী মীনা চাকথোংবা মী অদুনা উখোং মঙোন্দগী কবিগুম্না অমা লৌথোকখিবা উই অমসুং মদু অঙৌবা brass (শেঙ্গেং) গী পাত্র অমগা থমখিবসু উখি। পাত্র অদু মহক্কী গুহ্নগী থক্কবা মীশিং শোকপদা শীজিন্নবনি। পাউ অসি য়ুমদুগী মী অমদা য়৷থ্রে। অকোনবগী মীদুনা থুনা পোলিসতা চত্তুনা খঙহনগ্রে। মপাললোমদা য়েংবা পোলিসনা পাউ অসি খঙহনা মরাল লৈবা মী অদু থোকবপা ঙায়দনা ইমুদা চংশিনলে। মদু উবদা মরাল লৈবা মীদুনা খুদোংথীবা উরে, অমসুং থবক অদু ময়াম্না খঙদ্রিঙৈদা তেবল মথাদা Jewel (মনিমুক্তা) অদু থাদরে। পাত্র অদু থিবদা ফংদ্রে। মুক্তা অদু থুনা ফংলবসু গৌদে অসি ফাবা ঙমদনা লৈবে। মরাল লৈবা মুপা অদু কেস অসি পানবা পাদ্রে। হুম্মী মঙোন্দগী কবিগুম্না পোৎ থরা মানা লৌথোকপগা মরম হবদা ইকোম কোম্না মানা খুম্বদা Brass (সেঙ্গেং) পাত্র অদু তকথোক্কবা পোৎনি খঙহনলে। অদুনা পোলিসনা থুনা খোঙথাং লৌক্কবদগী অফবা কেস অদু ফাবদা ঙমখিদ্রে। (অধ্যায় ১, ফুটনোট ৪ য়েংউ)

## (৫) ফেক্টোরীদা হুয়ানবা

কারখানাদগী ধাতু অদু চাংনাইনা মথং মথং হুবগী কেশনি। মফম অদুনা ডুকাল অমসুং বিল্ডিং মথল কয়া লৈবনা হুয়ান-লিঙৈ মনুংদা ফাবা ঙমহোদ্রে। ফানবা হোৎনবা কয়া অরেম্বদা তারে। অদুনা অয়ুক ঙাক্তানা পোৎশিং অসি পুখোকখিনবা লম্বীশিং য়েংশনবগী দরকার অদু থম্নৈ অমসু অহিংদা হোৎনৈ।

লম্বেল ময়াম তিন্নকম অমদা কনস্তেবল অনী থমই; মখোইনা নাকন অনীনা কুপশনবা গাড়ীমচা অমা (jukte) মহুথদন অমনা থোরকপা থেংনরে। ড্রাইবরনা মনুংদা gosha (জাতি অমা) নুপী য়াউরী হায়দুনা য়ানীংঙ্গবস্থ মখোইনা গাড়ীহু লেপ-হনলে। কুপশিনলিবা Jukte মনুংদগী নিপা অহুনবু য়ানীং-দবা উংলি। থোঙ্গেল অহু নুপী মানলে। থিজনলুবদা নুপী অমা মনুংদা লৈরম্বা থেংনরে। মহু ফংনদ্রি ফাউবা গাড়ী থো বনা য়াম্না কিহনলবস্থ গাড়ী চৎহনদ্রে। হুথিবা ধাতু ময়াম বরা অমদা হানজিল্লগা gosha নুপীগী ফিজেং শেৎপা নুপা অমনা চংলম্বা ফংলে। থৌদোক অহু Conviction (মরাল লৈবা ম) দা লোইরে অমস্থং ফাবসিদগী চাংনাইনা কারখানাদা হুব মহ মতম থরা লেপ্পা ঙমখি।

থৌদোক অসিদগী খঙবদি থৌদোক থোকপা মকমদা ফাবা ঙমখিদে। য়েংশিনগদবা মফম য়াম্না পাকই। হুরানবনা অহুবা পোৎচৈশিং অহু থাদোকখিনবা চৎফম সহর তাবা লম্বী পুম্বা কুপ্পা য়েংশিনবদগী কান্নবা ফংথিবা উংলি।

## Warrantee (মতিক নত্রগা শক্তি) অমা পুথোরকপা

Police Station না ফংবা য়াম্না শাথোরবা মরাল লৈবা মীশিংগী মমিং নৈনবনা কয়ামুক কান্নবগে হায়বহু খঙফম থোকই। জেলদা হাংথবা বন্দীশিংগী মনুংদা Korava অমা মখোঙ খোঙনাউবী অমা য়াউদবা অমা পোলিস ওফিসারনা ফংলে। Criminal Procedure Code গী কত্তনা লৈবা সেকসন মতুংইন্না মপ্পাকপু ফাবনি। A List তা মখোঙ খোঙনাউবী মরিদা য়াউবা Korava অমা Dacoity কেশতা পানখিবা অমা ওফিসারনা নীংশিংই। কেশকি মরাল লৈবা অচৌবশিংগী লিস্তুতা য়েংশিল্লগা মহু মানা চেৎসনহনলে। Dacoity দা মাব

Charge তৌখিবা চহি তরেৎ শুরে অমসুং মহাক অতোপ্পা মরাল কয়াদসু লৈরে । Dacoity গী Warrant অমা মাংগী মখাদা য়ৈথোক্তুনা লৈরি হায়বসি কনা অমতনা চীনদ্রে। Warrant য়ৈথোক্লিবা S. H 6 অদু মতমসিদা মতু ককপিবা পায়ে । A List অদু বুপথনা নৈনবদা Korava অসিগী মশক খঙলে । C P C. গী Security Section দা ম'বু চথগদোবতুগা অচৌবা মরাল অমা লৈবতু নীংশিংলকলে। মসি থৌজনবা Police Officer অদু মনা পীরে, অমসুং Korava গী মায়য়োক্না লৈবা docoity case অদু চথখরে ।

## (VII) ফুরিৎ তুনবা কল হুরানবা

অশিংবা Constable অমনা অশিংবা তাৎ তৌহনা মাংখিবা পোৎ ফংবগী মুঙাইরবা কেশনি । খুৎনা তুনবা মেচিন অমা Military Officer অমগী লৈফমদগী হুথরে । পোৎ অদু ফংনবা মনা পীগে হায়রে । ফুরিং তুরগা Constable অমা মাঙখিবা মেচিন অদু ফংনবা অথেন্নবা duty ওইনা থম্মে। মরাল অসি তৌখিবা ফিবমনা পুন্না য়েংলবদি মরল অসি মনাক নকপা মীনা তৌবনি । ফংনবা duty পূরিবা Constable অতুনা অমনা মেচিন লৈবা শান্নিন্নতুনা থুমৎ খরনি অনকপা সহরদা চৎলে । মহক্কা ফুরিৎ তুবগী থবক হৈবনা য়োনবা পীরকপা মেচিন কয়া য়েংলে অমসুং শিনফম অসি শুবা তোঙান-তোঙানবা মী কয়া খঙনরে । থুমিৎ খরনিগী মনুংদা সহরগী ফু'রৎ তুবা অমনা অমনবা মেচিন অমা শক খঙনবা অমদগী য়োনগে হায়রে; অমসুং য়েনলিবা মী অদু মশক লোৎলিবা detective constable দা থারকলে । মেচিন অদু য়েংনবা ফংদে, অমসুং শক খঙদবা মা অনৌ মাগা খাঙপোকতগী মতু পুরক্লগা চাং য়েংবা পামই । খাঙপোক অতুদি মফমতুদগী মাইল ৩ লাপহে।

**Contable** অহনা য়ারী শানবদগী শকখঙদবা মীহু মেচিনগী **tecknical** জ্ঞান লৈতে হায়বা খঙলে। মসিগী মথক্তা য়োনশিবা মীহুনা অকক্লবা মমন লেপ্পবগী মহুত্তা অচাবা মমন ত মা হেক্তা লৌবা পায়ে। য়োশিবা মীদুনা অরৈবদা পৈশা পুরগা হমদাংদা লাকপা পামই। মাগী থবক খরা সহরদা মতম অহুদা লৈরে হায়বা খঙলে। ফুরিৎ ভুবগী ছুকালদা হৃিদাং পুং মঙাদা উন্নরগা য়োনবগী মহম নৈনবা য়ানরে। থবক চথবগী অশেংবা উৎত্রবা ওইনা **detective** অসিনা ফুরিৎ ভুবদা মাগী খুদোপ থমলে অমসুং য়োনশিবা মী অহুদা মাগী ঘড়ি গুহু নিপা অসিমক্তা পুং ৪ দা হল্লক্লবা ৎনমউ হায়রে। **Detvctive** অহনা মতেং পাংনবা মচাগ্ন শীজিন্নে; য়োনবা শাবিবা মী অহুগী ময়ুমদা চক্তুনা খাদে কলে। মচানা **s'ation** দা চক্তুনা **S. H. O.** গী মতেংদগী মতিকচাবা শেল ফংলে। **S H. O.**না **contable** লোয়নরনবা পুং ৬-৩০ দা য়ুম অহুদা চক্তুনা **Detective** না **whistle** থোঙবা কালদা মতেং পীবা য়ারে। **Detective** গী মচাহুপা শকখঙনদবা অহুগী মতুং ইনলে, খুনদা চুম্না চৎলে; খাঙপোক অহু চংলে, অতোপ্পা মী অমগা য়ারী শান্নরগা মিনট খরগী মতুংদা থোকললে। মহাকপু থনঃগা সহরদা চৎত্রে। ৎনমলিবা নিপা অসি ছুরানবগী থবক্তা ফাউরবা মী অমনি। শিন্নখিবা মতুংইন্না **detective** না য়েনলিবা মীহু উরে অমসুং মখোই অনী খুলগী শঙদা চৎত্রে। মেচিন অহু কুপ্পা য়েংলগা মমল লেপ্পরে। **Defective** না শোয়াবা পান্থদি মাঙখ্রিবা নম্বর অহু চান্নত্রা অসিদনি, পোৎকী মমনদা মহাক পুক্লিং চংলত্রে। মানা খোবগী **S. H. O.** অহু মফমহুদা য়োরক্লে। লাইবক ফবদগী **S. H. O.** অহনা খুলদা **detective** গী মচাহুপা উন্নরে; মঙোন্দগী খুলগী শঙগী লৈফম খঙলে। মতেং পাঙনবা কৌরকপদা চংশিন্নবা নক্লা লৈরে।

মরাল লৈরিবা মী অসি রাকৎলিবা মীত্রগী থবক তৌবা মীনাইনি. অমসুং পোৎ য়োনগে হায়রিবা মীসিনা মীনাইসিগী মখুড়ানি। মখোই অনীমক কেশনা মরাল পীরে অমসুং Constable অহু মতিকচানা মনা পীরে। যদি Constable না য়াম্না হৈবগী খুদমনি। পাউ অহু তাম্বে রুবা প্রজাগা মাগা লোইনৈ।

( অধ্যাস iv (৪) গী Foot note ১ য়েংউ। )

## (৭) টাউনদা য়ুম থুগায়বা অমসুং হূরানবা

হূরানবশিংনা খোংনাউগী য়োংকি Bar ( মচৈ ) অহু চিংথেঙ্গা য়ুম চংই অমসুং শরকলোমদা লুপা ২০০০গী মমল ওংবা মনিমুক্তা পুথোকই। মরাল তৌকম অহুদা য়েংশিনবদা খোংনাউ মখাদা ফঙ্গাং মমাই ডৌনা চামথোকপদা খোঙ্গুল অমা উই। হূরানবা অহুনা মমাংথংবা মাঙ্গোলদা ফমই অমসুং য়োংকি বার অহু নমহুনা চিংথোকপদা ফঙ্গাংগা মখোং থমই। খোঙ্গুল অহু কোটো নম্নগা থমজনলে। খোঙ্গুল অহু য়াম্না চাউই. খোংমচাশিং অহু শন্দোকই, খোংনাউবী অদুনা অতৈদগী হেনলপ্না ফাকতোক্না মমি তারম্মি। মহুগী তারকপা রারোইদি অচৌবা মচা কবা অমথকসু হূরানবা য়াউই অসিনি। Jewel মাঙথিবহুগী মনুংদা অমদি ৬৮ French 5 France Coinগী লিকনি। হীরা মনিমুক্তা অহু শেমথিবগী অকুপ্পা অহুসু রাকৎপদা রেকোর্ড তৌশিনলে। চয়োল থরাগী মতুংদা হৌজিকী মতমসিদগী খরা লাপ্না লৈবা মফমদা হীরা লুপা লাক্ষ অনীগী মমলশোমগী হূরানবা অমা তৌখিবসু য়াউরে। য়ুম চংখিবা মওংদি হায়না তৌখিবগুম্না খোংনাউগী বার চিংথোকপনি। মথংগী নোমা কোনবদা অচৌবা কেশ অসি কারে অমসু ফাগৎলকপগী মওংদা অহানবগীদা মাঙখিবা লিকপরেং অদুনি। হূরানবা অমদি gymnastic instructor অমা ওইবি অমসুং মাগা য়েংথংবা মখোং অহু হায়নগী কেশতা য়াউবা খোঙ্গুলগা চাউবা মান্নরে।

মাওখিবা লিক অদু মানা হুবগী মরাল তারে।

অহন ওইরবা মরাল লৈবগী অমগী মথক্তা তৌবা থৌদোক ওইবনা Session court তা বিচার তৌনরে অমসুং Jury অদুনা খোঙ্গুলগী ফোটোগ্রাফ অদুগী শাক্ষীদা পেনবা য়াত্তুনা মত শীনখি। হুরানকম অদু কুপ্না অমসুং চেকশিন্না খিঙনবগী দরকার উৎলি। (অধ্যায় VII (৭) কী ফুট নোট ৩ অদু য়েংউ)

(২) Robbery (নমইাহুনা হুবানবগা থবক্)

হুরানলিবা পোং অদু শেপ ময়েক ওইরবদি খিবদা কান্নদে হায়না খল্লে। ভাব অসি লানালি হায়বহ্র কেশ অসিনা উৎ ল ওমসু অথন্নবা ফিবম খরদদি conviction (মরাল লৈবা) বংবা য়াই হাযবা থৌদোক অসিনা উৎলি। কেরানী অমনা তোঙান তোঙনবা ছুকাপশিংদগী পৈশা খোমজিল্লগা মাগী থবক তৌফমদা হল্লকও। মঙাল্দা শেল মযেক ওইনা লুপা ১৭০ লৈ ওমসু কুংথিল পোবোপতা মযামগী লম্মেল অমদা লাম্থোক-চমই। থঙনদবা মী অহুমনা মাগী অচৎপা অদু য়ে লগা মঙোন্দা চোংশিনলে অমসু নমহুনা পৈশা য়াউবা ময়োম অদু লাকহ্রে। হুরানলিবশিং অদু সিপাই ভাক্তনি অমসুং অতোপ্পা সিপাইশিং দগী থৌদোক অসি পাংথোকপগী পাউ ফংলে। শিংবা অমসু, খিজনবদগী চিংনবা মী অহুমনা পৈশা অদু মথোক্ত চপমান্ন-না য়েনথোক্লরমগনি অসিনি। মরমদি মথোক্ত খুদিংনা থৌদো অসি ওচিগী মতু ইমিৎ খর্দদা পৈশা মশিং অসিগী শরুক অহুম-লোম শীভিন্নব উহ। মসিনা মথেয করে অমসুং য়াকৎলিবা মী অহুনা মঙোন্দা attack (লাকশিনবা) তৌরম্বা হুরানবশিং অদুনি হায়বা মশক লেপলে। থৌদোক অসি conviction (মরাল লৈবা মী) দা লোইশিনলে। শাক্ষী অদু circums-tantial (ফিবমদগী লৌখৎপা) ওইরে অমসুং Police শিং অদু মথোক্তগী হৈশিংবা অমসুং থুদোংথৌবা ফিবমদা থবক তৌবগীদমক থাইনা থাগৎনখি।

## X (১০) লম্নেল অচৌবদা Dacoity

মী পার্টি অমা লম্নী অচৌবদা শলগাড়ীদা চৎপদগী অহিং ওাথে'বদ' ডকু মঙাংকনা মপোৎ মচৈ পুম্বা হুৰিরে। মখোইনা চৎখরগা হুবানবা অহু নোংঙানবা ফাউগী লম্নী চৎলগা অহানবা Police Station দা তমলে। হুর'নলিবা অহু ওতোপ্পা Jurisdiction মনুংদা লৈরবস্থ S. H. O. না রাকৎ ফং'বদগী খুদক্কা মফম অহুদা চৎলে, অমসুং মরাল অহু কুপথনা য়েংবদগী নাপু মচুগী শেগায়বা চেক্কেং অমা তারম্বা উই। চে অসিগী শরুক খরদা রেলরেদা থবক তৌবা মী খরগী nominal roll (মমিং ইখৎপা) ইরম্ব থেৎলৈ। অসিগী মথক্কা ফোর্ম অহু থাউ মহি খরনা চুরম্ব' অমসুং চেগী নাকন অমদা চিনি মকুপ খরস্থ নপই। Junction ওইবা অনকপা Railway Station দা ংক্ত-লুবদা Permanent Inspector (কুইনা তৌবা Inspector) অমদগী থঙলে মহদি ফোর্ম অহু লাম্না ইশিনলুব· জগী শেগায়বগা মানা plat form দা হুন্দো'কপনি। মুমিং তসি ডকোইতি থোকপা মুমিংনি। Railway station দা চংক্কা থিজিনবদা মমিংচৎপা criminal ( মীহাৎ মীপুনগী মর্যাল লৈবা মী ) অমা মহদা রাইশিংপা থবক তৌই; মহাক্কা মুমিদাং রাই অহুমক্তদা Railway Station দগী অথুম অহাও চুকান্দগী লুপা অমগী তল লৈ। নাপু মচুগী চে অমদা মহু য়োমশিল্লি। থুম ওহাউ য়োনলিবা মীতুনা রাইশিংপা মীসিদা মশক থঙদবা মীতোপ খরস্থ লোইনখি হায়না তমলে। S. H. O. না থিন্দনা রাইশিংপগী মহুমদা থিক্করে অমসুং কেশ অমদা মাঙখিবা ছাটিন অমা ফংলে। মহাক ফাজিনলে, অমসুং মানা মরাল য়াবদগী লেমহৌরিবা পোং পুম্বা ফংলে অমসুং হুরানমিন্নবা মীওই অহু ফংলে। কে অনি session courtতা conviction ওইনা লোংশিল্লে, অমসু হুরা· লম্বা মী·ওই পুম্বা বন্দী চহি খরা থম্লে।

ময়াল অহু শেমলম্বা রাইশিংপা অহু চহি মরিগী অকম্বা জেল পীরে মরাল তৌকম'' চেকশিন্না নৈনবদগী মরু ওইনা কেশী অমা কাবগী খুদমনি। ( অধ্যায় VII (৭), ফুটনোট ২ য়েংউ। )

ডাকোইঠি তৌকম অহু মাঙহল্লবা কোর্ম হুন্দোককম Rail-w.y Station দগী মাইল ৯ লাপই হায়বা খণ্ডগনি।

## XI (১১) য়ুমদা Dacoity (হুরানবা) চংবা

য়ুমদাং অমা লাইশঙগী পুরিং অমগী য়ুমদা হুরানখরে, হুরিবা লন্তুম অহু পুরিংকিদা নত্তনা লাইশঙগী স্থ য়াউরে। কেশ অহু ফ নবা তোংনবদা ভমদ্রে,-অমস্যুং পুরিংনা হুরানবা অহু লাই-শঙগী মনিমুক্তা অপুম্বা মাঙহল্লবা তেংহনবনি হায়না ময়াম্না ফৈবেংননা ভাঙনরে। তৌইগুম্বস্যুং S. H. O. অহু য়াম্না হৈং-শিংবা মী ওইবনা থোদোক অহু অচুম্বনি হায়বা খঙই অমস্যুং থবক চংখ। থা তরুক লোয়রগা লম্বেলদা অচৌবা robbery (নমত্তনা পোং লৌবা) অমা অতোপ্পা খূলদা থোকখি। মপুক শেংবা খুনগী munshiff অমা S. H. O. না ফজনা লোইন-বদগী হুবানবা ফানবা থোদোকসিগী মরমদা রিপোর্ট অমা কংলে। লাইগী নোংদমদগী হুরানকম মনাক অহুরাইদা Irular (হুরানগনবা কাঙলুপ) শিংগী অনৌবা থাঙপোকশঙ থর শা-রকপা উরে। মরম অহুনা থাঙপোক শঙশিং অহুদা মানা থুনা চংলে অমস্যুং মথক্তা লৈরম্বা Irula অমা ফারে। মহাক অহু chavadi দা O. M. না পুশনলে অমস্যুং হোৌখিবা চহি খরদা তৌখিবা মরাল পুম্বা মাননি হায়না চপতুনা হংলে। Irula অসিনা পঙত্তনা মানা মরূপ মপ ংশি স্থ তৌখিবা হুরানবা পুম্বা O. M. না (খুনগী পুলিস) ফজনা খঙলে হায়না নিঙ-তুনা লোইনা তমথোক্লে। অহানবা হুরানবগী থৌদোদি পুরিংকী য়ুমদা তৌখিবনি। মানা মরাল য়াজবদগী অতোপ্পা হুরানবগী কেশ কয়াম্ব পুথোরক্তুনা ফারে। তৌইগুম্বস্যুং Highway

robbery ( অচৌবা লম্বেলদা হুবা ) অহু মানা তৌবা নত্তে হায়বদগী ফাবা ঙমদরে। Irula গী শঙ মনাক্তা অতে খন্ননা হুরানবগী অসি তৌবদগী হুরানবা মকোন কাহ্নুনা থুগাইবা অসি ওইথোকখি। পুন্নিংকি য়ুমদা হুরানবসি Session court তা conviction তৌহনা লোইশিনখি। Irula না মরাল য়াজ-বদগী কেশতা মাওখিবা লম্চুম কয়া ফংখি। খুঞ্জাশিংগী ফজবা অনীংবা অদুনা পোলিসকী খবক্তা মতেং পাংই হায়বসি খঙ্গিন-গনি। ( চেপ্তর IV ( ৪ ), ফুটনোট ২ য়েংউ। )

অসিগী মথক্তা crime ( মরাল ) তৌবসি মী অমতনা তৌদে; ময়াম পুনলগা তৌই হাবা মতম পুম্বদা নীংশিংগনি। ( অধ্যায় ৫ ; ফুটনোট ১ য়েংউ। ) Village Munshif না মাগী মযমদা থোকখিবা কেশ পুম্না খনলমদ্রবদি, Irula অহুবু মরাল য়াইল্লম্বা অমসু ঙমথোকহনবা ঙমলমলোইদবনি।

## XII ( ১২ ) Murder ( মী হাৎপা )

অধ্যায় VII কি হুরানবা কাবগী মতাংদা মরাল লৈবা মী অমনা পোলিসপু অরানবদা মনম ফংহন্দুনা ফৈরেংননা পুখিবা য়াই অমসুং পোলিসনা মনম নম্বদা তপ্লবদি মমল য়াম্নবা মতম অহু কান্নদনা মাওখিগনি। False confession (অশোয়বা মরাল য়াজবা) গী মতাংদা মসি হায়ব্রবসু নৈনরিবা কেশ অসিদা মরাল লৈবা মীনা কমদোনা পোলিসপু ফৈরেংননা পুরগা মীহাৎ-পগী মরাল নাম্নোক্লবা তোংনবগে হায়বা উংলি।

কুলি অমনা মাগী মতু অহু য়ুমলোম্নবা নিপা অমগা য়াম্না চানবা অসি চিংনরে অমসুং মতাং চানা ফাগে হায়না পুক্লিং লেপলে। য়ুমদাং অমা য়ুমশোনবা অওনা য়ু।না এপ্তা লৈবা কালদা মচাগী ইশীংবু কামনা খন্না লৌক্লগে হায়না হই। মুপা অহুগী মতৌ খঙবদগী মুপী অসিনা অহিং অথেংবদা মথক্তা লৈবা য়ুমদা চৎলু হায়বা য়ারে। চপচাবা প্রমান যৎদবদগী মুপী

অদুদা হান্নদি মতাং কয়ামুক্তা য়ুমলোনবা অতগা হেক হেক লোই-
নৈ হায়না মরাল শিরে। মুপী অসিনা মরাল অতণী অচুম্বা
য়াদবদণী খৎনরকুনা চৈ য়াউনরে। চিংনরিবা মুপা অসিসু
য়ুমলোন্নবনা মাবু হম্থনবা হোৎনবদা ঙমদ্রে; মানা মরাল লৈবা
মুপীবু মতিকচানা রাপ্নকপদা মনাক চংলক্লবদি মখোই হাৎকনি
হায়না মানা কিহনলে। মখোই লোইনা চংনখ্রে অমসুং কুলি
মুপী অদু মকোক্তা চৈনা থাত্না হাৎলে। মুপা অসিনা
Police Station দা (মাইল $\frac{1}{2}$ গী লম) চৎলগা মাগা
য়েংথিনবা য়ুমলোন্নবা অতদা মবাল শিত্নুনা রাকৎলে। মানা য়ুম-
দগী চখোকখিউদা য়ুমলোনবা অসিনা মাগী মুপীবু মশা মাং-
হন্নবা হোৎনবদা ঙমদ্রদুনা পোৎ তক্লবা খুৎলাইনা থারগ্লগা
চেনখ্রে হায়না তমলে। মানা য়ুমদা হল্লকপা কালদা থীনা
শেংক্লবা মতু অতনা রারী অদু তমগা শিখ্রে হায়জিনলে অসি
হংযরগ্নগা মহাক Station দগী চংখ্রে অমসুং Police না থি-
জনবা মতমদা য়ুমদা লৈরমদ্রে। মতাং অসিদা Village Mun-
shift না মী হাৎপা অদু তাদুনা রাকংলিবা অদুনা হাৎপনি
হায়হনা রিপোর্ট অমা থাবে। Cr. P. C. Section ১৭৪ গী
মতুং ইন্না রাকংলিবা নিপাসিনা হংৎপনি হায়বা প্রমান তৌরে।
তৌইগুম্বসুং রাকৎলগা মাদি লোন্না চেনখ্রে। খরা লৈরগা
মহাক ফারে; মশাগী মরাল য়াজবদগী ফাসি তৌনবা হুকুম তাথি।
তোইনা তোইনা মরাল লৈবা মীদু মীহাৎপগী মতাংদা ওন্ন-
তৈননা চৎকনলি অমসুং হীরম অসিদা মী অমনা চেকশিন্না ঙম্নদে।

## (১৩) চুন্না শিঞ্জবদু হাৎপা ওইরবোই নীংবা

অয়ুক অমদা অঙাং অমা ময়াম চৎনবা লম্বী নাকন ওইবা
খোংদা ফুন্নবা অমসুং মখোং নামগা উবা ফংই হায়না Police
Station দা Report তৌররে। পঞ্চায়েতদারশিংগী মমাংদা
অঙাং অদু লৌথোকলে অমসুং অঙাং অদু খোইরীনদা Hospitalগা

ফিনা যেংপা মুপামগা ওইনা ফ'ই। Cr. P. C. section ১৭২ গী মতুংইন্না শিজনবদা লুপ্পা অমনা লৌন্না অঙাং অহ্ পোক্লগা ম্বব খিংহলঙনা হাৎলে অহ্‌গা মফমহুনা ফুমজিনবনি হায়না পঞ্চায়েতদ্রশিনা খন্নবে। খোংদাক অসিদা Panchayatdar শিংগী কপ্পনা অহ্ খরা হেনজিনলে হ'যনা খনগনি। খিজনলিবা Police Officer অহ্ মখোইগা মত খেনরে অমসুং মাগী রিপোর্টতা য়ানীংদবা খরা ইশিনলে। মানা খনবদদি মহ্ লোম্না পেকপা অমসুং শ্বর থিংহনবা নত্তে। খোইরিনদা dressing তৌবহুনদি অঙাং অসি Hospital দা পোকপনি অমসুং লৌম্না পেক্লাংবা মুপী অমতনা লায়য়েংশঙ চংলোহ হাযবা য়া রোই তারে। মহ্ক্লা Flannel (কলশি) কা যেংপহ্ ফ'ও অমসুং অখোংপা ফি অহুনা পুনবা শীজম্বংস মনাক নকপা Hospital অমথক্লনি হ যবা লেপলে। মহ্'ক্লা খিজনবদগী অশিবা অঙাং আস পুখোক্লিইঙগ' মমা' চযোন অমদা হোসপিতালদা পোকপা ১৬৭ নি হাযবা খঙই। মুপী ওইনা পোকপা ৮০ নত্তবা মুপা ওইবা অঙং ৮৭ অহ্ মানা থিনবা হোংনরে। মখোইগী মওংদগী ৮৬ তি হোসপিতালদা নত্রগা মম্মশিংদা হিংনা নত্রগা শিনা লৈ হায়বা খঙলে। লেমহোরিবা অঙাং অহ্ হৌজিক থিরিবসিগা মবী লৈনরে। নুপী অমনা পোক্লমদাইগী নাউয়েক্লা থাংবা ঙমদবদগী Hospital দা মি চনলি। ফাইবোক অনী পোকপদা অমদি খুদক্লা শিরে অমসুং Hospital authority গী হুকুমদগী ফুমলে। মুমিৎ নীনী লৈরগা অনীগুবা অঙাংহ্‌সু শিরে মসি তৌরিঙৈদা মুপী অসিগী চাউরক্লবা মচামুপা অনাখক্লা মমা য়েংবা হোসপিতালদা লাক্লমই। Hospital দা থবক তৌবশিংনা অঙাং অনাহুনা অশিবা মশা অহ্ তানবা লাকপা ওইরবোহ নীংহুনা মথুন তান্না পুরগা ফুম্নবা পীখ্রে।

হোসপিতালদগী অকুপ্পশিং অসি তান্নগা খুন চন্নুনা অঙাং

অনীসি থিরে অমস্তুং হংবদা হকচাং পুথোকফম ফুমফম অহুরাইদা ফুন্নগী রা তমলে। মরমদি অহিং য়াম্না থেংজিলক্লে অমস্তুং অমুক হেন্থনা অভাং অহু পুবা পামগ্রে। হাংপা মানবহু মশানা শিজবা ওৎথিবগী কেশ অমনি। কেশ থিজনবদা য়াম্না থৎনা রারোই তাবা কত্তে হায়বা উৎলি, অমস্তুং মী অমস্তুং পোৎশিংগী কুপথবা জ্ঞান চংই। (অধ্যায় VIII (৮); ফুটনোট ১ য়েংউ।)

## (১৪) Averted (ভাকথোকপা) মী হাৎপগী কেশ

কনস্তেবল অমা খূল থরদা থাখি, মহাক্না খূন অমদা মী ৭ না শাবা মকোন অমা পুথোকলে। মখোই অহু চিংনরকপনা মহাক্না Village Munshiff তা Police Station দগী তাগ্রিফ উবা খঙহন্দনা যেংউ হায়রম্মী। মহাক্না Station দা থুনা হল্লকলে অমস্তু মাগী S. H. O. দা খুন অহুগী মশক খঙদবা মী লৈবা অমস্তুং মখোইগী মচৎ অহু তমলে; S. H. O. না খুন অমদা চংলে; খূনগী মীওইগী মতেংদগী মকোন অহু কোয়শনলে। চিকলবা য়ু থকফম অমদা মখোই চাক থোং-লম্মি। কেম্প অহু থিবদা য়ুম থুগাইনবা খুৎলাইশিং অমস্তুং উত্তবগী খুৎলাই কয়াস্থ ফংলে। থাউদা লুপ্পা অচৌবা উচেৎ মচেৎ অনীস্থ ফংলে। মখোই ফারগা first class Magistrate না জেল থম্ফমদা থম্লে। Finger Print Bureau (খুৎশা মমিগী থিনবা ওফিস) না মখোইগী খুৎশা থিজনবদা মখোইনা Dacoity (ডাকু) তৌখিবগী মরাল থেংনরে।

মফমসিদগী মাইল ২০০ দগী হেন্না লাপ্পা মখোইগী লৈ-ফমদা মখোই তরেংকি মখুংদা অহুমদি য়াম্না লুট তৌগনবা ওইনা থমই, অমস্তুং য়াম্না শিংবা কনস্তেবল অমনা মমিং চৎলবা লুট তৌবা অমগী খুলদা চৎলুবদা মহাক লৈরমদে। য়াম্না কুপথনা থিবদগী মহাক্না মী তরেৎকি মকোল থঙহনা অন্নাং থংবা District তা লৈবা ইনাকখুনবা Vysia (বৈশ্য) অমগী য়ুমদা

Dacoity তৌবা চৎখি খঙলে। অসিদগী হেন্না খওবদি Vysiaগী য়েক্লবা অমনা মখোইদা হূরান্নবা অহু তৌ হায়না ঈনশিনবনি। কনস্তেবলনা তম্বদগী Inspector না মাগী diary দা মসি ইশিনলে। Diary দগী মচেৎ খবা লৌখোকপত্থ মরী লৈনবা Northern District তা থাখ্রে, পাউ অসি মক্কমহুদা য়োবহুদা হায়রিবা মী তরেৎ অসি চয়োল অমরোম পোলিস custody দা থমলে। District অনীমক্তা খিজনবদগী বৈশ্য অমস্তুং মাগী য়েক্লবা অহু ফংলে। Dacoity তৌনবা মস্তুনা তৌবহ পুখোকলে। অযাংলোমদা হূরানলুসি হায়বা য়াদবা মথুন থাবা ভনদবা মকোল অসিগী মেম্বরশিংগী লোইনবনা প্রমান পীরে। মী তরেৎ অসি চহি অহুমলোম মচং ফনবা থমখিবগী অফবা কেশনি।

খুনগী Beat Duty তাবা কনস্তেবল অনীনা পুরকপা পাউনা মাইল ১০০ লপ্পা লৈবা মক্কমগী মকওইবা কেশ অমদা অতোপ্পা অমগী মংৎ পাবগী থৌদোকনি। খুন চত্নুনা অমস্তুং কান্নবা ফল ফংলগা চেকশিন্না অমসু হৈশনা থবক পাংথোক-পদগী হেন্না কান্নবা লৈত্রে হায়বা উৎলি।

(অধ্যায় IV (৪), ফুটনোট ৪ য়েঙউ)

## (১৬) Pamular (তেলেগু য়াউশেনবা) শিংগী মরমচৎ ফরকনবগী Security (খুদোংথিবা লৈতবা)

তেলেগুগী য়াউশেনবা কাওবু অহু (Pamular কোই) না খুন খুন্দা চত্নুনা Tamil গী য়াউশেনবাশিংগী মনামাথিন খোমজনলে। মখোই ফোঙনা লৈরম্বী অমস্তুং নমহুনা পৈশা মশা খোম্বা নত্তুনা মখোইগী মায়য়েক্কা কন্নিস্থ থওখিদে। তৌই-গুম্বস্থ, মখোইনা পনলিবা মক্কম অদগা নক্লবদা য়ুম থুগাইবা, চংফম অহু য়ুমগী মমাং ফক্লাংদা মথুন হুৎলগা শেম্বা য়াম্না উরে। মথুনশি অদু মতোন য়াম্না তুম্বা অমস্তুং conical (অফুনবা, অকোয়বা, লমুংথরো) ওহ। ডাধু মকোন অহু অমুক্তগী হেন্না

থিবদাময়াল পীবা য়াবা পোৎ অমতা ফংত্রে। ফিবমশিং নৈনবদা হুয়ানবা মকোন অসিনা কত্তবা থবকসি ভৌবনি হায়রা থগুনরে। মকোন অসিদা চাংনাইনা য়েংবা ভোক্লে, অমসুং হৈশিনবা অমসু থরায় য়াউবা কনস্তেবল অনী ফিজোন য়াউদনা। অরামদগী মথোইনা ভৌবা য়েংনবা থারে। হুমিদাংরাইদা থানা অমনা কেম্প মচুংদা হুপীমচা অমা উথি। মহাক্লা মকম অতুদা হান্না উদমনা চিং-নবা হেনগত্তুনা চেকশিন্না য়েংলে। থরা নৈরপা মানা কেম্প অহ থাদোকখিবদা মহাক্লা থগুহন্দনা মতুংইনলে। অহিদা হুপী-মচা অসিনা Choultry (মী ময়াম তিনফম শঙমচা) লেপত্রে. অমসু মথংগী নোংডানবদা মান্নবা মখনগী হুয়ানবা কাঙলুপ ভংগা ভিংত্রে। অচৌবা মকোন অসিদগী মাইল ১৬ লাপ্পবা শুন অমদা পংত্রে। কনস্তেবল অসিনা কুলি অমা য়েক্লগা মানা ফংলকপতু কুপথনা ইবা চিঠি অমা পোলিস ষ্টেসনদা পী-হনথি। ষ্টেসনদা নৈবা সারকল ইনপেক্টরনা কনস্তেবলদগী গেট অসি ফংবদা কেশ থরা হেনজিন্না থিজনবা পারথংলে। মানা মা থোমগে মপোয়হ পার্টি নাইনা থারবোক্লগা মথংগী হুমিং থোক্লকপা মতমদা ডাকু মকোন অনীহু কোয়শিন্নবা শিনলে। অনৌবা পুথোক্লকপা কেম্পমা সারকল ইনপেক্টর মশামক্লা লাক্কারে। মপুং ওইবা মকোন অহুনা S. H. O. নৈতবগী Sergeant অংনা থবক পায়থনবা শিনলে। পহৈ অহু মায় পাকলে, অমসুং কেম্প অনীগী হেন্দর অপুবা ফংলে। লান্দারা মতমদা সারকল ইনপেক্টরনা অওকপাগা লোয়ননা যুম থুগাইনবা লফুথরো মওং মানবা Crow bar (অরুগা পোং লেংহুমরা অশাংবা য়োংকী মচে) মরি ফংখি। অরাপ্পা কেম্পতা ফংবা হুপাযথে নহা ওইপ্পিবা অমসুং থংক ভৌবদা থিংবা ভ্রান্তি, অমসুং Crow

bar শিং অসি অহিংদা মখোইগী ওকশিং অহ্ হুইথাহুনা ফা-জনবদা শীজরে হায়না খুমথি। অরাপ্পা কেম্পশিংদা ফংলিবা মেম্বরশিং অহ্ মরা মত্তা ভাকনি, অমসুং মখোই খায়দোক্লবগী য়ানবা ব্যাখা লাকখিদে। য়ুম থুগাইবদা মাঙথিবা পোং অমতা ফংবা য়াদবনা মখোই মচৎ ফজনবা রারকপা তাখি।

হূরানবা মকোন্না মখোই মশেন পিক্লা খাযদ রুনা পোলিসনা মিৎনা শিংবত্ত নমথাক তৌবসি অচম্বা হাৎনি। মখোই মশেন কেপ্পুনা মবী থঙহনা মখোইগী যত্তব পেদোক্কী মরম চখুমিম্ম। কনস্তেবল অমনা মাইল কয়া মুগী মচা অমগী মতু ইল্লগা কনাবুম্স চিংনহন্দনা হূবানবা মকোন অমা ফাখিবগী থোদোক অমনি। ( অধ্যায IX (১০), ফুট ৩ অমসু অধ্যায VII (৭), ফুট ১ যেংউ )

## (১৬) Koravar ডাকু মকোন অমা মরমচৎ ফগৎনবগী Security ( খুদোং থিদনবা ) মথল অমা

হূবান চীস্থি লৈগন্দবা মকম অমদা থঙহৌদনা হেনগৎলকপা থোকখি। অশিংবা হেড কনস্তেবল অমা মরী লৈনবা ষ্টেসনদা মফমসিদা থাত্তনা মনাক নকপহ্ যেংশিনবা তৌখি। ভুমিৎ হমনি লৈরগা পাউ পুহুনা হল্লকলে। অপাকপা লম অমগী য়ু থকফম অমা পোলিস ষ্টেসন অহুমগী উম্নকমদা লৈ। মহুদা মহুদা Koravar ওইবা শকথঙদবা ডাকু মকোন অমা শাগৎলে। মখোইগী কেম্পতা teddy ( য়ুগী শর্ব্বত ) য়োনলে হায়বসু থঙলে। মফমসিদগী খরা লাপ্পগা ভুকান অসিগী মপু লৈ অমসুং মকোল অসিগী মুপা মুগী পুম্বা য়ু অমসুং শাদা ভাওহুনা লৈ। S. H. O না লান্দারে অমসুং ইহশিনা ডাকু মকোন অদু কোইশিনলে, ভুমিদাংরাইদা মফমদা লৈরম্বা ১৭কী মগুংদা পাথংমচা ১৪ কারে। লাস্তোকখিবা অহুম অহুসু অতোপ্পগী মফমদা

খরা লৈরগা ফারে। মখোয় পুম্বা Register তৌরবা Koravar গী ডাকু মকোলদা লাকখিদবা মেম্বর ঙাক্তনি। কারিরশিং অদুগী মনুংদা অমদি পুক লোমদা নোংমৈনা কাপখিবদগী ফরক-পদা ঙায়রি। কুপথনা থিজিনবদা মহাকপু ডাক তৌবগী য়ুম্বুনা নোংমৈনা কাপ্পদা শোকখি, অশোকপগী হোসপিতালদা লৈরিঙৈদা নাম্থোকখিবনি হায়বা খঙলে। চেনখিবা warrant লৈবা মী অহুমপকম্ভ গে' অসিনা যাউরি। অহাংবা তম্পাক অসিগী অকোয়বদা লৈবা খুলগী মী পুম্বনা পোলিসতা মতেং পীদুনা মখোয়না নাম্থোকখিন্নবা cordon (মিং পোষ্ট) শেমলে। মসং ফনবা তবাতরেং অহু ফাগংলে। তরেত্তি ফাউরবা হুয়ানচৌষ্টি তৌগনবা মীনি; মখোয় চহি অহুম থমলে; অরেম্বনা চহি অম-গীদমক থম্নবা হুকুম তৌরে।

চংলিবা খুন অদু খঙহৈদবদগী থা অমা হেন্না হুয়ানবা মকোন্না থবক তৌহল্লম্বগী খুদম অমনি। মকমতুদা চংপা কনস্তেবল শিংনা মখোই ফজনা তৌরমবদি ডাকু মকোন অসি পোলিস ষ্টেসন্দা মমাং থাদা খঙহল্লম্বা য়াই।

( অধ্যায় IV (৪) ফুটনোট ৩ য়েংউ। )

## (১৭) Riot ( ময়ামগী শান্তি থুগাইবা ) গী থৌদোক

কনস্তেবল অমব রায়োং অদু লাক্লবা হায়গনদে। লৈবাক লাংবত্ত নমথবদা পোলিসমেন অমনা মরুওইবা থৌদৌ মসি কেশ অসিদা লৈনবি।

নেংমা নুমিদাংরাই অমদা মমিং চংলবা খুনগী মী অমনা কৈথেল্দা ঙা য়োনবা গুপী অমদা ইকাইবা পীরে। গুপীসিনা লৈরিবা লৈরক্কি ঙা য়েনবা মী পুম্নমক ঙা ফবা হল্লকপদা য়ুমদাংদা থৌদোক অসি তারে। মথংগী অয়ুক্কা মফমসিগা নহা-মথৈ মুপা মুপী পুম্বা তিল্লুনা মরাল লৈবা গুপাসিগী য়ুমদা চত্তুনা লাউরে অমসুং মরম কয়াদা ইকাইবা পীরে। পোলিস

ষ্টেসনদি ফার্লোং অহুম লাপই অমসুং লৈরম্বগী মসুংদা হেড কনস্তেবল অতুনা ষ্টেসন রাইটরসু ওই, অহুমসু পুং ওই ওইরে। তাবদগী থানা খরগা লাংফম অমুদা চংলি। মখোইনা অতেম্বা Rifle য়াউই। পোলিস উবদগী ঙা ফাবশিং অতু মাইল ½ দা লৈবা ময়ুমলোমদা চেনখ্রে। ময়ুম শৌরমদাই কাউবা তান্নবে; হেড কনস্তেবলনা নোংমৈ কাপ্পদা অমথুক মখোওদা শোকলে। হেড কনস্তেবল অসি খুদোংথীবা থুংলাইনা থীনা শোকহনবা ( grievous hurt ) গী মরাল শিরে ডিপার্টমেনটেল দণ্ড তৌবে। রেজিষ্টারগী মথক্ত তৌবসি মবাংগীতুনা কেশ অতু লোইশিনলে।

থৌদোক অসিদা লাংলিবা পুম্না পোলিস উবদা লোইনা চেনখিবনা নোংমৈ কাপ্পা চুমদে। হেড কনস্তেবলনা মখোইতু ময়ুম ময়ুমদা চৈলনা কিহনবনি হায়দ্রু চুমদে। লাংদা নোংমৈ কাপ্পগী নিয়ম তোঙান্না লৈ। ( অধ্যায ১০, নম্বর (১) দা রুল পিরিবত যেংলবদি রাগল অসি চুমদে।

চত্রবদি নোংমৈ শীজিন্নবা কান্নদে; ক্রিবমনা য়াত্রবদি চংদবস্ত যদে হায়বা থঙগনি।

## (১৮) পাউ তাকখিবদগী মী হাংদনখিদবা

মী হুৎপকি থৌদোক অসি হুন্না থৌরাং তৌহেদবনা অমসুং থৌরাং লৈরংসু পাদৈ অতু অরোনবা ওইমনবদগী থঙনদতুনা হাংখিদবা কয়া লৈরি। নহা অমনা মু শিনবদা লানবা ওইরবা অমবু হাংনবা মরূপ শাজিন্নরে অমসুং মুডাইনা লমচংপ ভাবতা অরাপ্পদা পুথোরকলে। পুথোরক্লিংদু পোলিস স্তেসন অমসুং সার্কল ওইরম্মী। গুন্দা কয়াগা মাগা লোইনরে। থবক অমু পাংথোক্লবা লমতুগী কত্রবা মীওই খরগা য়াউহনলে। লমতুগী গুন্দাশিংনা থীনা ফুনিংবসু হাংপদি পত্নমদে। অহবু নহু অতুনদি হাংনীলম্মী অমসুং মতুগীদমক শেল য়াম্না পীনিলম্মী

গুন্দাশিংনা য়াখল লেপ্তুরিঙৈদা মখোইগী ময়ক্তগী অমনা মতুদগী চখোকখ্রে অমস্তুং মাগা মুন্না খঙনবা সার্কল ইনপেক্টরদা তাক-থোকলুরে । মতম অসি নুমদাং পুং ১-৩০ তারে । সার্কল ইনসপেক্টবনা গুন্দা মকোক্কী ফীজেৎ শাত্নুনা মফমদুদা চৎলে অমস্তুং নহা অত্তগী অনীংবত্ত পাংথোক্কে হায়রুরে । অরাবা তাগদৌরিবা মী অত্থু মরাপ অসিদা য়াউবা মী অমনা অনকপা মফম অমদা কুমি য়ে হন্দুনা সুঙাইহনলি। ইনসপেক্টরনা মহাক গুন্দা মকোক্কি অমস্তু হাৎপগী পাম্বে অমু পাংথোকপা ঙমগনি হায়খি। মসিদা থাজরত্তনা নহা অত্তনা মঙোন্দা সনাগী সোরী অত্থু পীরে । ফিজেৎ লোৎপা ইনসপেক্টর অমস্তুং মাগী লোইন-বশিংদা য়ু পীথক্লবা পৈশা থায়গৎকনি হায়ত্তনা মাগী খুদোপ জোরাস্তু পীরে। মহাক্না হাৎনবগী থবক অমস্তুং মরাল অত্থু গঙহন্দনবা লুপা মতিকচানা পীগনি হায়ত্তুনা চেদস্তু ইরে । সার্কল ইনসপেক্টরদা থাং মচা অমস্তু পীরে। মসিগুম্বা ফংলগা মহাক্না নহাত্থবু খঙহনলকপা মতুগী য়ুমদা থনম্লে । পুংখাই অমগী মথুংদা মী লোইনা পুবক্লগা থবক পাংথোক্কনি হায়না য়া-শক্লমই। ইকুই কুইদনা সব-ইনসপেক্তর অত্তুনা মী হাৎপগী মহত্তা মঙোন্দা তাক্লম্বা মীতুগী য়ুমদা চৎলম্মী, মরাল লৈবা মীওই অমস্তুং মাগী লোইনবা পুম্বা ফাজিনলে অমস্তুং স্তেসন্দা পুরে। I. P. C. সেক্সন ৩৬৪ দা মরাল অসি কেশ অসি পান-সিনলে, তৌইগুম্বস্তুং সেসনস কোরতনা থাদোকখি। জদজনদি পোলিস ওফিসারনা মায়পাক্লা পংথোক্তুনা ফাবত্থু য়াম্নমক লুবনি থনলি। কেশ অসি মায় পাক্তবদগী সার্কল ইনসপেক্তরগী নীংবা কায়বা থোকখিদে । জদজগী মিৎয়েংদা তোপখিবননি । মতম চানা সার্কল ইনসপেক্তরদা পাউতাকখিবদগী মী হাৎপা থিংখি অমস্তুং মরাল লৈবশিং বিচারগী চাংয়েং ফংখি । অধ্যায় ৭ (পার্ট ১) দস্তু খঙহনবা মীওই কংবগী কান্নবা উৎলি ।

# অইবগী ৱারোল খরদং

পিল্লবা লাইব্রিক অসিদা লৈবাক ও'ক্লবগী চংদবা য়াম্রবা পোলিসকি থবকশিংগী মশক কয়া নৈনরি। ইশামক হৌরুম অসিদা চংশিন্দ্রবস্থু অমসুং থবকী গুণ রাংলবস্থু হৌজিকী মতমদা থোক্লক্লিবা সমস্যা কয়ানা থিজন্নবা ঈনোং হাপকংলি। খুলগী খৎনবা, মীওইবগী মশাদা য়াউবা কস্তবনা থুমহৎতুনা অচুম্ববু কৈরেংনহনবা অমসুং অমস্তুং নেশাগী মপাম্না অমাঙবা কযা থোক-হনবদগী ঐখোইবু ঙাক্লবা লৈরিবা মীওইশিংগী মতেং লৌদবা য়ারক্তে। মখোয়সি খ্বাইগী সেবা তৌবা মীশিনি। সেবাগী-দমক পোলিস, সিপাই অমসুং ভলনটিয়ারশিংনা মিৎ, না অমসুং পুক্লিং অসি হাংদোক্তুনা থম্লবস্থু রাদি পঙঙাঙ ঙাঙথোকফদে। মী মশেন সুংশিনহনবদা মতেং ওইগদবা ধর্ম্মশাস্ত্র কয়াগী মচলস্থু মথোইনা খঙবদা কাম্নগনি হায়বসিনি।

লাইব্রিকসি ফোঙবদা শেনগী মতেং ফংনবা Deputy Chief Minister I. Tompok Singh দা দরখাস্ত থাই। মানা Special Secretary (Home) দা য়েংশিল্লগা মতেং পীনবা ইথখি। অরোইবা লাইব্রিকগী কপি অদু Home Dept তা উৎলগা Process তৌবগী থাক্তা লৈরি।

লৈবাক্কীদমক মথৌ পাংথোক্তুনা পুন্সি মাঙখ্রিবা মীওইপুম্বদা লাইব্রিক মচাশি খুদোল্ল তৌজরি। Shree Press কি খুদোং চাথিদবদগী কুইনা পল্লুরে। হন্দক অমুক নমথতুনা খ্বাইদা পুথোক চবসিদা খ্বাইনা পাবিতুনা অইববু পুক্লিং থৌগৎপিগনি খঞ্জে। লাইব্রিক অসি ফোঙদোকপগী পোৎলুম শ্রীশাপম তোম্পোক সিংহ বিঃ এস্‌ (ডিপ্লিকশ) না লৌবিবগীদমক থাগৎচরি।

অইবা :—
শ্রীডাক্তর এম, কীর্ত্তি সিংহ
বিঃ এঃ (ওনর), এমঃ এ', এলঃ এলঃ বিঃ,
পিএইচঃ ডিঃ, পোষ্ট ডোক্টোরেল রিসার্চ
ফেলো ; রাঞ্চি বিশ্ববিদ্যালয়
কোংবা উচেকোন, ইম্ফাল, মণিপুর।



## শরুক অহুম—খুদম উৎপা থোদোকশিং



---

* মনিপুরগী রাজমদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংগীদমক্তি লাইব্রিরী মমল চংমদা ২৫ হন্থনা পীজগনি। —অইবা

Research papers of Dr. M. Kirti Singh M. A., LL. B., Ph D., Post-Doctoral research Fellow

At Indian Philosophical Congress.

1. The concept of Avataras and Lilas in Manipuri Thought, Madras, 1979
2. Contemporary Indian Thought and Manipuri belief, Bhagalpur. 1980
3. The Salient Features of Manipuri thought, Bhubneswar, 1981
4. Mysticism in Manipuri thought, Chandigarh, Uni, 1982

At Indian Science Congress Association.

5. The changing Ideas of Land ownership and property among the Meiteis of Manipur, Jadavpur, 1980
6. Names and Name giving ceremonies of the Meiteis, Banaras, 1981
7. Recent Archaeological Advances in Manipur, Mysore, 1982
8. Scientific context of Manipuri proverbs, Andhra; 1982

At All India Oriental Conferences

9. Manipuri system of Astrology and astronomy Shantiniketan, 1980 (Published in Astrological Magazine, Bangalor, 1982)
10. Moral and Cultural Institutions of ancient Manipur Jaipur, 1982

(At International Congresses/Conferences

11. Sun worship in Manipur, Xth International Congress etc etc

---

Printed at Shree Press, Imphal